# অইবগী ৱারোল

"চৎনবী মীতৈ খুপায়" লাইরিক মচাসি পুথোক্কে হায়হনা খল্লুবসিমক লংজবনি। ননাইদি হিরমসিদা থৌরাই য়াওজবতনি, তশেংনা হায়জরবদা য়াম্না ভোল্লবা করিস্নু খঙজিন্দ্রিবা অমনি থৌরাই য়াওজরুবদগী অমস্নুং মীতৈগী অসিগুম্বা মখলগী জ্যোতীষ লাইরিক আসাম নৈপাক্তা অরাংপা অমা লেরিঙ্গা খনজরুবদগী পুথোক্লবগী থৌদাং লৌজরুবনি। মরি লৈনবা অহে অশিঙ কয়াদা চঙজরুরগা নুংগী ওইবা অথুপ্পা ৱারী-ৱাথোক্ত কয়াস্ লৌখৎচরুবনি। অশোয়-অরান্ য়াওরম্বা পূম্নমক্ খকথোংবা অমসুং ওব্বা গুরু শিংনা চুমথোকপিনবা খুরুমজরি; লোয়ননা তাকপীরকপা খুদিং ফিগাও শানা য়াজরি। মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচবগী ৱাখল থমজরি।

হৌজিক্কী মতমদা মীওই খরনা কুঠি (পুঙ্গি লম্নুম) য়েংবনা চিংবা থাজরক্কবা অমসুং চুম্নকৃতবগী খুদম কয়া ফংবনা মাগৈ-সোমদা কয়া থৌশনবা অমসুং করেমবা কয়া য়াওনরকই। মসিমক মতমসিগা য়াম্না চুম্নবা ৱাফমনি হায়জনিংই। মহুবু মসিগী মরমদি য়াম্না চুম্না খঙজিবা তাবনি। মরমদি য়াম্মী অহাবদা কুঠি করিনো? কুঠি হায়বদি কুষ্ঠিগী উচ্চারণ (খোনথোক)দগী মীতৈ শিংনা থরমুক শমজিন্দুনা "ষ" গী উচ্চারনসি লোংথোক্লগা কুঠি হায়শিনখিবনি।

মীওই পুন্নমক পলেমগী খোইজি-খ্বাদ থাবুম তরা নাওপুন্না ভাইবঙ মীতম্ লাক্লিতৈ, চৌঙ্ মাগী নোংদনখোল, ভাবিখিবদগী হৌরহুনা মালেমগী অক-কওবা থৌদাং লৌনমবা মালেমদা হেক



তারকপা মতম্ ( পোকপগী পুংকম্ ) তাঙাক্তদা অতিয়াদা লৈরিবা গ্রহ উপগ্রহ অমসুং থৌরাননিচাক্লচিংবা নক্ষত্রশিংগী 'লৈকম অমসুং মথোক্কগী মপাক্তদা, মরোশিংনা চিংবা অঙাংহুগী পুন্সিগী ওইবা অক-কত্তবা অমসুং পুংকম্লচিংবা ইহুনা থম্বা, কুঠী কৌই।

কুঠি ইবগীদমক চপ চাবা মতম মথো তাই; মহু অঙাংহুগী অহল লম্মনগী থৌদাংনি। মতমহু তশেংনা খণ্ডত্রবদি কুঠি ইরগা পুথোরকপা ফলাফলহু খর শোয়নহনসু য়ায়। অহুনি হায়হুনা মমাংঙৈদা ঘড়ী শিজিন্নত্রিঙৈদা ইরম্বা কুঠি পুম্বা লানবগী রাফমদি নচ্ছদে। খজিক থৈদোক থৈজিনগী রাকমনি। কুঠি ইবগী চংনবীসে খুনাই খুদিংগী ( জাতী ) লৈরম্বগী খুদম লৈ। জাতী খুদিংগী মীওই খুদিংনা মাগী মাগী অঙাংশিংগী পোকপা নুমিৎ অমসুং তারিখনচিংবা নোট তৌশিন্দুনা থম্মৈ। মসিহু মথল অমগী কুঠিনি হায়জনিংই, মরমদি মসিদগী ফুপ্পা নৈনরকপা ওক্তনি।

মুসলিম্ ইচিক ইনাও শিংগী মচামচা অয়াম্বা হিজরী সনগী মতুং ইন্না পোকপা মতম অমসুং তারিখ নোট তৌশিন্দুনা থম্মৈ। পরুজত্রিবা হিজরী সন-সি খৃষ্টাব্দগী ৬২২ জুলাই তাং ১৬ থৌরাই নুমিত্তগী হৌখি। চহীহুদা মোহাম্মদনা মৌক্কাদগী মোদিনাদা লেম্খিবগী লেত্তত্রবা থিংদিং খুদম্ ওইনা চহীসিংগী হিজরী সন হৌখিবনি হায়রি। খৃষ্টানসু অমিমতাই। যীশুনা পোকপা নুমিৎতগী খৃষ্টাব্দ হৌহুনা লেপ্পক্রি। মসি অতোপ্পা খুনাই কয়াদহু শিজিন্নরি। ভারতবর্ষগী নিংথৌ বিক্রমাদিত্যগী মতমদগী সম্বৎ হায়বা চহী মশীঙ থীবা হৌখি হায়বা ইতিহাসনা হায়রি। অতৈহু

৭ মক্কী মৈহৌবারোন্ ইবা হৌখি। লাইরিক অহুগী অহৌব-মক্কুদা অস্নুম্না ময়েক শেংনা ইঃ "লাইয়িংখৌ তাইবংপান-বগী মপ্ নঙব্ খুক্লমনা ইজগে। মৈহৌপারোন শলাই তারেংমক্কী খায়না হায়গে। শোক ১৬৫৪ ( খৃঃ ১৭৩২ ) থা ৪ পুং ৪৮ মিকুপ ৩৩ হৌখিবা থবান থা ২৩ নি পাখা য়ুমশা-কৈশা ঙুমিং থবানমীচাক শজিকনা পাখা শনতনপগী লগনদা ইবা লাইরিকনে"।

পরেং খরসি পারগা নিংথৌনা খঙবা শুমজুরে অহুদি চহীগী মতাংদা চৈথাবা কুম্. থাগী থাচং অমস্তুং নুমিং। মদুতা নত্তনা পুং মিকুপ অমস্তুং খৌরানমীচাক "শজিক" সি হুজিক চংনরিরা পজিকাদা অশ্বিণী নক্ষত্র হায়বনি। অসিভন্থু নত্তনা মীতৈগী মণিপুরাব্দ, চন্দ্রাব্দ কয়াস্থু লৈজৈ। অতোপ্পা মাগৈ অমরোমদা মিংয়েং অমতং চিংশিনজরি। ওবা কাংজীয়ানা পুখোকপীবা লাইরিক অয়াম্বদা মলিয়াকম্ চহীরোল ইনিয়কই। মসিস্থু অশেংবা মীতৈগী চহীরোলনি হায়বগী প্রমান পীরি। "কাংলৈখোন কৌবা" মীতৈ ঈয়েক অমস্তুং ধর্মগী ওইবা নৈনবা চেকোওদস্থু মলিয়াকম্‌গী খুদম পীরি। খুদমসিনা মালেমদা লৈরিবা জাতী খুদিংদগী মীতৈ হায়বা ঐখোয়না য়াম্না শাম্না কুমশিং থৌবা হায়রে হায়বসি থঙহল্লি। মরমদি হুজিক ১৯৮৯-৯০ ইংদা কাংজীয়াগী মত মতুংইয়া মলয়াকম্ চহী ৩৩৮৬ ওই। অসে অহুম্বা ওইবা তায়বদি শকাব্দ খৃষ্টাব্দগী মলিয়াকমনা কয়া য়াম্না অরিবনো হায়বদু মীয়াম্থু খঙবিয়রগনি।

অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মীতৈ ঐখোয়গীস্থু

খুপ'য়, খেনচোঙলোন কয়াম্থ লৈ হায়বনি শেংঙ্ক। অহুব্ধর্ম্ম ওনখিবগা খর খর তৌহুনা মীতৈগী চংন পথাপ কয়াসিস্ কাও-থোকলুবনি। মাগৈদোমদা মিংয়েং তারুরবদি মিংতঙী পী অকবা লন্ত-1 পাশ্বে-লৈতে।

কুঠিদি মথল অমগী বিজ্ঞাননি; মরমসিনা জ্যোতিবিজ্ঞানসু কৌই। অহুঙবা বিজ্ঞানগা মরি লৈনবা শাস্ত্রব্ জ্যোতিঃ শাস্ত্র কৌই। শাস্ত্রনা হায়—অমুক অঙবদা পুরোহিত জ্যোতির্বিবদ, মন্ত্রী অমসুং আয়েংবা মী মরিসি দর্শন তৌগদবনি হায়রি। মসিনমি জ্যোতিঃ শাস্ত্র খঙবা মীগী মঙনমি থাক্ ম্রাংনা লৈরকই। মসি নোংচুপ লোমগী পণ্ডিত কয়ানম্ শৌগৎলি। মনিবী কিরোনা কুইনা গবেষণা তৌরলুনা মসিগী শাস্ত্রসি অলেংবা বিজ্ঞান শাস্ত্র অমনি হায়খি। ইউরোপকী পণ্ডিত "জ্যাকালয়েট" সাহেব্না মহাক্কী "বাইবল ইন ইন্দিয়া" লাইরিকতা ইবুঙোগী মকমদা নিজ-রমই— "হে তৌঙবা লাইনিংথৌ! মমাঙচংকী আর্য্যাবর্ত্ত (ভারত বর্ষগী অরাংখংবা মাগৈ) ওম্ ঐথোয়গী লৈপাক্সিস্ চাওখংহনবিউ"।

অহুব্ লমদমসিগী ওইনা অরাবদি শাস্ত্রগী অসিঙবা অচুবা অমসুং তম্ৎবগী অলোইবা নাইরুবা বিজ্ঞানগী মশক [illegible] য়াম্না লুবুবা হীরমসিব্ লাইৎলিক অমা [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] পুৎলা ওমা [illegible] কয়ানা [illegible] [illegible] [illegible] জ্যোতির্বিদ [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]। [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] অনাবহু [illegible] থারুকল্ [illegible] : [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]

দশা কত্তে হায়রিজিন্নুনা গ্রহ পূজা তৌদুনা শেল তানবা কাংবুনা অয়াম্বনি। মর্ম ওইবা মরম থরসিননি জ্যোতিষপু থাজরকবা। মরম অসিননি, কম করিদা করি হংলুবদা পাওখুম মায়দবা অমনা ষণ, অমনা শণ্ডু। মরম অসিননি লমদমসিগী থবক ফংদবা অমসুং পেন্দবনা থল্লবা নহাশিংনা হায়নরিবা—করি কায়রকনি কুঠি য়েংউদনা। থবক ফংলোইদবা শিরগদবা, রায়গদবা লৈরবদা কুঠি য়েংউদুনা করি কায়গনি। লাইবক্তা লৈরবদুবু কুঠিনা কক্পা উবা? চুম্মী, পেন্দবা নহারোলগী রাহংসিমক কক্পা উবা রাক্ষস নত্তে। অদুবু লনাইগী পাওখুমদি—কর্ম্মনা অথোয়বনি। অদুবু কর্ম্ম (থৌরম্) হায়বসিগা করি মরি লৈনৈ? অচুম্বা কর্ম্ম তৌবগী অশেংবা পাওতাক মাগুজোনন: থওহবথু জ্যোতিষীগী মথৌনি। খুদম ওইনা হায়রবদা—থাশিগী অহিংডা টর্চ-লাইট পূবগুবনি। নোংচুবদা ছাতিন পুবগী পাওতাক পীবা, য়াম্না নান্‌বা লম্বীদা চৈগু পায়নবা পাওতাক পীবগুবনি। ঙসিদি নোং চুগনি শোয়দ্রে নত্রগা মথক্কগী তারকনি শোয়দ্রে; অদুবু কুঠি য়েংলগা করি কায়গনি। ঐগী পুক্কিদা ইপুরোয়বা কায়নগদবা লৈরবদি লাইবক্তগী কুঠিনা থেংপা উবা পোংলা—?

—পাওথুমদি— নোংচুরবদি ছাতিন পুগনি, নোং ক্লংশিং লাকনি হায়রবদি চেকশিন্নু নত্রগা য়ারবদি মতমদু লাক্লগা চংলু। মথক্কগী তারকনি শোয়দ্রে—অদুদি মথক্ক কাবা কত্তে, কাবিরোয়থুদিবুনা তোকনি। হৃপী অমগী লাইবক্তা লুপ্তা ওইবগী খুদম ফংলুবদি পাত্রা ওইগদবা অমনা শক্লগনি অমসুং মহাক্না লুহোংবিগনি। অসিনি কুঠিগী পাওখুম। অসিত্তন্ নক্তনা কুঠিনা অনাবদু কয়া কুইনা রাখিনি জাকই। শোয়রদনা শিরগনি, করি

হুমিং, কাঁয়বা মতম্গী মন্ডদা লিপনি, অমসুং করকনি ময়েক শেংবা হায়বা ওন্নী ।

কুঠি য়েংবা ওঝা শিংগী পাওমু মাম্‌দবা, মকাবক থর থর থেংনবা য়াওই । লায়েংবা অনিগী হিদাক থর থর মামদবা ওয়বনি । ( মসি য়াম্না হৈরবা ওঝা শিংস্থ অহুমজাক ; হৈডবা থর থর হৈজবা শেল পাম্বা কাংবুগীদি অমুক পল্লুম্না কাদ্দে । ) মাগে অময়োমদা য়েংলুরবদি য়াম্না নোঙ্গিংডায় মশক্কি—নুপী পক্লবা য়েবদ', মমা মপানা নুপীচু য়াম্না পামজরবদগী হায়বা য়াওই — পক্লদবদা পক্লনবা শেল-থুম হেনজিন্না পীদুনা কুঠি য়েংলিবচুবু কলমগী মচিন থেহন্নস্থ উবা যংদ্রে । মসি দুখা অশোয়বা ওক্কনি । থরনা অমুক কুঠি য়েংঙগা অযবতা হায়শিন্দুনা য়েংঙহিবা মীদুগী মংহায় নুঙাইহন্দুনা শেল তানবা কাংবুস্থ অয়াংপা নত্তে । থরনা কুঠিবু য়েংলুরবদি ফজবা হায়রকনি য়েংহল্লুনু হায়বস্থ য়াওই । মতাংসিদা হাংজনিংবদি কুঠি য়েংবদি অহংগী অথোকপা ফলহৃতা হায়বনি । মসিদা লাই লোয়নবা, মন্ত্র যন্ত্র য়াম্না খঙবা অহৈঅশিং শাব অমসুং মতৌ মায়বা শেম-শাচুনা ডাংবা লংজবগী মশক্কি । ময়মসিনা য়েংলিবা মীওই অমসুং য়েংহল্লিবা মীওই অনিমকস্থ জ্ঞান তানবা থৈ । নত্রবদি অচুবগী মায়োকতা লৈবগী অচৌবা ময়লহু কিন্নিডাই মশক ওই ।

দশাগী মতুং ইন্না গ্রহ খুদিংগী ওইবা মরা অমসুং থাক্লগা মস্থ ( হি-য়াই ) শিজিন্নবগী শাস্ত্রদা হায় । রবিনা য়েংথীরগা হরিথাগোক মরা, চন্দ্রনা য়েংথীরগা খবিমরা (কীরাইমূল) মঙ্গলগী নুজারৈ মরা (অনন্ত মূল ), বুধগী উহনমরা ( বৃদ্ধধারক ) বৃহস্পতিগী ভজমালা মরা ( ব্রহ্মযষ্টির মূল ), শুক্রগী লোংমাংখা উলোংছ মরা ( লিংহম্‌ম্না, রাজহাসেকের মূল ), শনিগী খেংখেৎ মর (শ্বেত বেড়েলার মূল ), রাহুগী চাচন্দনা (শ্বেত চন্দন) অমসুং কেতুনা য়েংথীরগা ওকহিদাক মরা ( রক্তমূল ) শিজিন্নবগী তাবশিরগী ।

# কথোকচবা

ঐবু তাকপীরকপা বাজী,
বাজীবন্ধু তম্বিরকপা ওঝা,
নিংথৌখোংজম ৺শরৎচন্দ্র
( চাওবা ) সিংহগী খুয়াদা ।

- অইবগী মারোলদা ফংবিগনি কুঠি করিনো ?
- হৌজিকী নহারোলনা কুঠিদা থাজরক্লবগী মরম ?
- কুঠি য়েংবদা পাওথুম পীবা মান্দবগী মরম ?
- কুঠিনা করি কান্বা পীবা ?
- করম্বা ঐহনা য়েংলনদি করি শিজিন্নগনি ?
- করম্বা মখলগী রঙ্গ শিজিন্নগনি ?

## N. KHELCHANDRA SINGH, PADMA SHRI

President, Manipur Historical Society, Imphal.
Ex-Vice President. Jawahar Lal Nehru Manipur Dance Academy:
General Council Member. Manipur State Kala Akademy
Former President, Manipuri Sahitya Parishad:
Former General Secretary, Atombapu Research Centre, Imphal.
Visiting Guru, Parimal Academy, Bombay.
Member, Manipur State Gazetter Committee.


শ্রী হাওরোংবম অমর সিংহনা ইবা অমম্বং ফোঙবা "চৎনবী মীতৈ থূপায়" কৌবা লাইরিক অসি মেনস্ক্রিপ্ত ওইরিঙৈদা অহূগা ছাপা নমলকপা মতমদা শরুক খরা পাজরে। লাইরিক অসিদা মৈতৈগী চৎনবী মমাঙৈগী অমম্বং হৌজিক্কী মতমদা পাজিশিংনা শীজিন্নরিবা অমদি মৈতৈ নাংকী মরু ওইবা থাদোকপা য়ামবা অমদি খঙনদা কান্নবা কয়ামরুম য়াওরি: জ্যোতিষকী মরমদা য়ামনা চঙংখান্না নৈনবদা নত্তনা ওঝাশিংনা চৎনরকপা পরম্পরাগী ওইবা, থুদম খরা পীবা তাববদা য়ুমশারোনগী মরম, স্নমিৎ চয়োন ৭কী মন্নুংদা পোকলিবা মীশীংগী করি গ্রহনা মী অহূগী করম্বা চহীদা গ্রহাধিপতি ওইবা, চহীগী মতুং ইন্না করি করি ফমদা ফুম্বা, অহূগা করম করম্বা চহীদা য়ুম শাবা ফবা অসিনচিংদা কূপনা নৈনরি। মৈতৈগী চৎনবী মতুং ইন্না লাইচা য়েংবা, থরায় মি কদাই কদাইদা ফম্বা, ঈ থুদেং লাই থুদেং, নৈবা নুমিৎ, তৎনবা নুমিৎ, থাশি মায়কৈ, অপোকপা অমদি লাই থুরুম্বা ফবা নুমিৎনচিংবগী মরমদা মচা তানা ইরি। লাইরিক অসি পিকলবস্থ মী খুদিংমক্তা য়াম্না কান্নগনি।

উরিবোক,
নিংথৌখোংজম লৈকায়।

শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ
তাং ১৫। ৩। ১৯৯০ইং

## FOREWORD

I have read with pleasure the book "**Chatnabi Meetei Khupal**" produced by Howrongba Amarendra. It is a book of Astrology. It appears that he has produced it with utmost assiduity. His hive of choice is commendable. I thank him very much from the core of my heart for this work which is the result of vestless perseverance.

In this connection I am recensioned of the words of Swami Vivekananda, who says— "To succeed you must have tremendous perseverance, tremendous will. I will drink the Ocean, says the persevering soul, at my will mountains will crumble up. Have that sort of energy, that sort or will; work hard and you will reach the goal."

I wish him success in life.

Dated, Silchar,
the 30th May, 90.

E. Chandra Singh
Banipara : Silchar—1

# য়াওক্রম খঙহন্না

হৌরক                                                                                     লামায়

## — কপী শরুক —



## — খপী শরুক —

— গণ্ণী শরুক —

★ মগুক কেন্বা। ★ মথুং তংপা। ★ মীং তাঙবা।
★ মখোঙ মথুং য়াওদবা। ★ খোঙ তেকপা। ★ মীং
ফত্তবা। ★ পুক্নী লৈমানা অন্নাবা পীবা। ★ অঙোবা
নত্রগা চাহৎপা লৈনা লৈবা। ● বাঙকুম্বা অনাবনা
অন্নাবা পীবা। ● য়া ফত্তবা। ● ন্না য়াম্না তাঙবা
অমম্বং অঙাওবা। ● খঙহৌদনা নাবা লৈনা লৈবা
নত্রগা লীম্না চীকপা। ● ত্রজনা থাবা। ● থুৎলাম্বনা
পান্দূনা শিবা। ● থোৗরী য়ান্দূনা নত্রগা হু চাহুনা
শিবা। ● ঈশিংদা ঈরাকপা। ● মতম্নচাদনা শিবা।
★ ঈশিংগী জীবনা চিংথহুনা শিবা। ■ হুপা-হুপী
মশক খঙদবা অঙাং। ■ শাগৈ মুৎপা। ★ মমা-মপা
মশক খঙদবা অঙাং। ■ পুন্সি তেন্‌বা অমম্বং
পাপী অঙাং। ■ নাম য়াৎপা। ■ মতু মমা য়াবা।
■ লাইর চুদৎনবা। ■ মতৈ মনাও মখিং উদবা।
■ হুপী অঙাং পোকবী। ■ মচীন ফত্তবা।
■ অফ-অপুন নঙবগী মরম।

— ঘগী শরুক —

( অথল্লবা মীওই থরগী কুঠি নৈনবা )

## ( "ক" গী শরুক )

**★পোকপা ঘুম্রিংকী চাওরাকপা খুদম—**

১। নোংমাইজিং থুমিং পোকপা মীদি নোংপোক লমদগী লাকপা পোকলেএ। কুচু মুঙাংনৈ, মরেপ ময়াং শাংই; খোন নেংই। মমা-মপানা থিব। থুপীদি পামগন্দে। মত্র-মত্র হৈগনি। লাইথুং অমা লৈয়ে মচি-ময়া পানবনা শোকই। থুপী ১।৫।৭ পোকপদগী লৌরবদি 'মচাথুপা হান্না পোকই। শমক্ক 'কিথুংবা' লৈগনি। য়োৎ থাংনাসু য়েংথিগনি। নাররবদি হুকই। (থুপী ওইরবদি মচিন কনি, মত্রগা চাওথোকই. কপানা ওমত্রিমথৈ থুরোয়জদে। অতাং লিকই। নিপাগা লান্না লৈবা পাম্মী।)

লানকমদি চহী ৫/১০/১৬ চেৎকেনিদ্রনু। শরুক্তগী কাংবুনি। চহী ৯৭ দা থোয়রেনি।

২। নিংথৌকাবা থুমিং পোকপদি মথারোমদগি লাকপনি। কুচু অঙাংবা, মকোক পিকই, মথুং য়েং তেকই। চাব রাত্রবত্রু লমদি কয়া লৈগন্দে। তোয়না নাগন্দে, নাররবদি অমত্রুং রাথোক্লবত্রু লুম্নে। মথোং ময়ী পানবনা য়েংথি। খৌরী, থম্মোয়, খোইদোদা শমক্ক ওইরবত্রু চা ওইরবত্রু লৈগনি। মচিন মনাও ২/৩/৬/৭ গুগনি। থুপীদি ৩/৪/৬ পোকপদগী পকনৈ। অঙাং ওইরিঙৈদা মমা-মপা থংনগনি। নহা ওইরিঙৈদা মতিং ময়াং কংই। মরো হৈরে, য়াবা কোনরকৈ।

লানকমদি,চহী ২/৬/৯/১৩/১৫/১৬/২০/২৩ অপাইবনি। কৈরী কাংবুনি। চহী ৭৯-দগী ৮৬ দা থোইরেনি।

৩। লৈপাকপোকপা পোকপদি লোঙ্কুপলোমদগী লাকই। মনম হুম্লোপ তৌই। মরৌ চাওই মুপী মুপা শরু মপী মপা ওইগনি। মীঙোন্দা হায়জবা হৈমগে। রাদনা শেন থুম ফাগনি। মীনা কি, মতুংদদি মীনা ঙাংনৈ। পুক্তা শমত্রু লৈয়ে। (নূপী ওইরবদি হৈ শিংই মী-মাই কিদে অচুম্বা পাম্মী। অরাম্বা থবক তৌরবদি ইকায়রবা নংগনি। অঙাং লিকনি। মুপাগা নকশর লৈবা হৈনদে)।

লানফমদি চহী ৫/৬/১২/১৫/১৬/৩১/৪৭ ফম্তে। নোংশাগী শাগৈনি। চহি ৭৯ হেল্লবদি ৯০ দা খোইরেম্নি।

৪। মুমক্তকৈশংদা পোকপদি মরিন কৈ, মচিন য়াংই, অঙাংলোমদগি লাকপনি। মচুদি ঙাঙ্রাংবনে পোকমিন্নবদি ১।৩।৬ শুই নিপানা হান্নে। রাথল লূই, অচুম্বা রা তাকন্দে। থবক নম্থোকপা হৈনৈ, কম্থিদি মীনা ফরগা কৈ ফত্রগা মী কিদে। লুপীনদি পামগনি। মীনাম্থু মুংশিগনি। মীনাদি রাথৈফম ওই। শমত্রুদি কিম্নুংদা লৈগনি। মিতু পামগনি। মীম্থু কিগন্দে। শাদা-লান্দা খোই। লৈনা লৈগন্দে।

লানফমদি চহি ৪।৭।১১।৩৫।৫৮।৪২ অপাইবনি। শামুগী শাগৈনি চহী ৮১ দগী হেল্লবদি চহী ৮৫দা খোইরেম্নি।

৫। শগোলশেন্দ পোকপদি নোংপোক্কগী লাক্‌না পোকই পোক্‌মিন্নবদি ১।২।৭ শুই। নিপানা হান্নে, মপানা হান্ন শিয়ে মপা শিত্রবদি মচিন মনাওদগি শিগনি। মতাক্‌পানা হন্না পোক্ই মিংয়েং থি। অকবা অচৌবা ওইগনি, মথুক কৈ, লোশিংনা চায়, মীনা খোদরবদি শুনিদে। নিংথৌনা চাগনি, ফুরুদি মীচম রা

ভাংই। ফিনুং শমক্র লৈগল্লি। মচা ৫ পোকল্লি। লানকমদি চহী ৩।৪।৫।৬।৮।১১ চ্যোকশিনবিগনি। চহি ১৮ দা উ-স্লাদন্সী তাগল্লি ২২।২৪।২৭।৩০ অপাইবনি চহী ৩৫দা য়ুমগী মপা ওই। চহী ৪৫ দা অয়াংলম চংবদি লন্ ফংই। মহাক্তি মুংশিংকী শাগৈনি অহাম্বা মুপী পন্নদে। চহী ৯০দা খোইরেল্লি।

৬। ইরাই পোকপদি অয়াংদগী লাকই। পোকপা মতমদা মনা মপা য়াম্ন নংই। মচু ঙাংই। পোকমিন্নবা মিপানা হন্না পোকই। মুপীদি ৫।৪।৫।৬ পোকপা পক্নৈ। মমিং চংদি। মহে মশিং হৈগল্লি। লিংখোগা য়ান্নদে। মৈ ঈশিংনা য়েংখি। হান্ন লম হেল্লবদগি কোম্ন লাখোইবা ওইয়ে। লানকমদি চহী ১৯।৪০।৪৩ রা খোকই। মতু অহাম্বা চানপক্লে, মিহুল থগংপা অমা লৈগনি রা ভাংবদা তুং-মাঙ য়েংহনা ভাংই। লাইগুক্র নিংই। মিগী লাংদা থুগল্লি। অভাং য়াম্মি।

ঈশিংগী শাগৈনি ৬১।৬৭।৬৯।৭০ শিত্রবদি চহী ৮০ ফাওরা পুক্সিগনি।

৩। থাংজ নুমিং পোকপদি নোংপোক্তগি লাকপনি। মচু ওক্লানব লেম্ন ঙমই। লমচংতি হংকোকনি লাম্ম থোই। লৌশিং লৈ. লৌশিংনা মী ঙম্মে। মরু নুক্সা চংদি, লিংজেন থায়। মীগি পান্নল চাব ফংদে, লাই নিংত্রবদি অমসুং লাই-গুরু মশক খংত্রবদি য়াগল্লি। হৈজরবদি পণ্ডিত ওই। পোকমিন্নবা ৪।৫।৬ ওইগল্লি। নুপীদি ৪।১।৭ ফৈয়ে। খোঙলা মৈনা শোকল্লি। নত্রবদি খুং তেকই। নত্রগা শোম্নে। কিপা ওইরবদি নুপী

য়া চংকল্লি। নুপী লূনা তৌগনি। নুপীনা হান্ন পোক্কল্লি। চহি ৩৪।••।৬২ অসি-অনা নংগনি।

মহাক্তি লাইরেনগী শাগৈনি। চহী ৬৮।৮৬ তা শিত্রবদি কুইনা পুন্সিগনি।

---

● নুপী হায়বাসিদা নিপাস্থ ওইবা য়াই। নিপা নুপী অনিমক্কী পুন্না চাওরাকপা নৈনজবনি। মশি মপোক নুমিত্তা নত্তনা থা, রাশি লগ্ন পুন্নমক্তা খংবিগনি।

---

## ২। পোকপা থাগী অক ফত্তবা চাওরাক—

১। শজিবু থাদা পোকপদি মহৈ বিদ্যা ফৈ। ধর্ম্ম লৈগললি, মীয়ামগী নুংশিবা ওইগনি, অফবা মীগা সঙ্গ ওইগনি। নুপীদি পুলৈ কুচুগী নিপা নুপী পক্কে। নারগদি অপাংপা অপোম্বা ওইগল্লি। মীনদি চাললি অহুবু মতুংদা য়া ভাংই।

২। কালেন থাদা পোকপদি পণ্ডিত, লমদা কোয়বা, অতপ্পা ওইগললি। অচৌ অশাং খনবা পক্কে। নিপী নুপা অভৌবা পক্কে অমস্তুং মীবু ভাকপিবা হৈ।

৩। ইঙাদা পোকপদি য়া ভাংবা হৈবা অমস্তুং লোল য়াম্না খংগনি। নিপা নুপী অমুবী য়াশি লৈবী পক্কে। নুপীনদি নুংশিগললি অমস্তুং লাংদা থুগালি।

৪। ইঙেন থাদা পোকপদি ইনাক-কৈরাক খুল্লি। য়েকপা পাম্মী। মুপী মচা-মগু মীনাই-মশন মীয়াম চাগল্লি। মুপা মুপী অঙোবা পক্লে।

৫। থৱানথাদা পোকপদি মশক্তু নত্রগা মহাক্কী থৌদৌ মীয়ামগি নোক্লিংফম ওইগনি। য়েংখিবনা করিস্তু তৌবা ঙমদে মুপীদি মশক ফজবা মনাম শাংবা পক্লে। তৌবতবু লুহোং খোং-দোংবদা মমা-মপাগি নিংবা থুংবা ওইরোই। অফাওবা ওইগল্লি।

৬। লাংবনদা পোকপদি লাইরিক লেংবা, ঈশৈ- নোংমাই থৱায় য়াওগনি, নিংথৌনা চানগনি, দান তৌগনি অমসুং নুঙাইগনি ইজ্জং ফংগনি পায়রক্লি লৌশিং হৈ। অঙোবা মুপী পকনৈ। লমদাগী কোম্বরকপা য়ুমজকৈশা নুমিৎ শিয়ে।

৭। মেরা থাদা পোকপদি লোন য়াম্না খংগনি, য়েক্লবগা লান পাবা হৈগনি, লালোম্ব হৈগনি। পিঙ্গ পিথক পামুদে। চাবা থকপা রাক্তে। নুপা নুপী য়াম্মী কুচুদি অঙোবা পক্লে। মমা-মপাগী লনস্তু ফংজে, লাহানমুক্কী মপোক্ত চহি ৫৫দা শিরকই। চহি চামদা শজিবুগী থাবানগী ৩নি পাম্বদা শগোলশেন নুমিৎ খোয়রেম্লি।

৮। হিয়াংগৈ থাদা পোকপদি মীগি কান্নবা অমসুং লাইকম কোয়বা পামগল্লি। অফবা পোৎ লালোম্বা পক্লে ফত্তবা পোৎ ললোম্বদি পরুদে। নুপীনদি পামগল্লি। চাবা থকপা রাক্তে লৌ-ইংখোলস্তু পক্লৈ। মমা-মপানা চাক্লে, মীরা তাদে। শাও-রগা কপকল্লি। নুপীদি অঙোবা পক্লে। অহাম্ব লৌবা নুপীদগি

অকোম্বগী নুপীনা হেন্না পকনৈ। পেল্লবদি পিজ পিথক তৌগল্লি। চহী ৯০দা কালেনগী হুমনি পাম্বা নিংথৌকাবাদা থোইরেম্নে।

৯। পোইনু থাদা পোকপদি নুপি নুপা মরক ওইগল্লি। মনম হুল্লপ তৌই, মঙক তেল্লি। শাগৈগী মরি-মতানা নুশিগন্দে। মপাগী মরল লৈতে। চাদিং কল্লি, হৈ শিংই, মমা-মপাবু নিংজ-রবদি অফবা ওই। নুপীদি ঙৌনা ঙাংবী পক্লে। লাহানমুক্কী মপোক্ত চহী ৮০ দা শিরকই। চহী ৮০ গী ইঙেন থাগী তরুল্লি পাম্বা লৈপাকপোকপা নুমিৎ থোইরেম্নে।

১০। রাকচীংদা পোকপদি শাগৈগী মকোক, নিংথৌগুম্নি। মাদি চীঙলাইগী শাগৈদগিনি, মঙক শাংই। মীবুদি কয়া থানদে। নাপন তৌই। মচিন খিবদগী কান্নবা মাংই। তুংদা মীনা ঙাংনৈ। মচানুপা অফবা হান্না পোকই, মচাগী, মীনাইগী মপান তাংই। লাইবু নিংদ্রবদি লাইরৈ, নিংলবদি ফৈয়ে। লাহানমুক্কী মপোক্তা লাইগুরুবু নিংবনা, মমিং চৎলু হায়রি। নুপীদি মুরৈ-ঙাংলৈনবি পকনৈ। অহান্বা নুপীদি তুং কোয়দে। চহী ৮৯ দা ইঙেন থাগী তরানিথোইনি পাম্বদা শগোলশেন নুমিৎ থোইরেম্নে।

১১। ফৈরেন থাগা পোক্লবদি নুংশিবা রাঙাং হৈ, মীবু পিজ পিথক পাম্মী অমস্তুং মত্তেং পাংগল্লি। নুপাগুম্বানি, মবুক ফৈ হায়খিবা লেংদে। লাই গুরু মশক থংই। মনিং তমই। নুপীদা কারম্মী ঈকায়বা ফংই। নহাওইরিঙৈদা রারবম্বু মশাগী

।ুদ্ধিনা কোম্ন নুঙাইয়রকই। লাহানমুক্কী মপোক্ত চহী ১৫ দা শিরকপনি। নুপীদি মুবদা ঙাংজেংবা পক্লে। অঙৌবা লৌরবদি ১ দা পক্লে। মশাগী চহী ৮০ থবানগী ১০নি পাম্বা নোংমাইজিং ।মিৎ খোয়রেম্লে।

১২। লমদাদা পোকপদ্দি নুঙাই-য়াইকবা ওইগল্লি। লম হেল্লু-বস্নু মীনা থাগৎলি। নুঙাইগনি, অফফত্তবা ৱাথল লৈ। মীয়াই ।ইনা ৱাংঙি। কম্থি চাওঈ, শিল্লাংবা হৈয়ে। লৌ-ইংখোল ।ক্লে। নুপীদি অঙৌবদা ঙাংলৈনবা নত্রগা অমুবীদা ঙাংলৈনবা ।ইরবস্নু পামজৈ। লাহানমুক্কী মপোক্কা চহী ১৬ তা শিরকয়ে। হী ৮০দা লাংবনগী মঙানি পাম্বদা শগোলশেন নুনিৎ শিগমি।

---

# রাশি ১২গী অফ ফত্তবা

১। মেষঃ— শেন্ ৱাৎতে। মীবু মতেং পী। চাওজ-ংই, মরিন লৈতে, মিৎপান ঙাংই। লমকোইবা পাম্মী, শাওগল্লি ।রাংনৈ, মুপী পামগল্লি অমস্নুং মুপী লোল্লী। মশা পিকই, বক থুই। অহিংদা মিৎ ফৎকন্দে। কোক্তা নাগল্লি। মুঙাইবা ।াম্মী। মক্লপ মপাংদি য়াম্মী। চীংলম অমস্নুং শজিক ফজনা হৌবা ।মদমদা চৎকল্লি। খংনবস্ পাম্মী, শমদি খোইজ্রিং হৌগল্লি। হী ৯০দা খোইরেন ওই। হিয়াঙ্গেগী ৯নি পাম্বা য়ুমজকৈশা ।মিত্তা কোক্কী লৈননা অহিং নোংয়াইদা শিগল্লি।

---

★ মেষ রাশিগী মমিং চৎপা মী খর — টিপু সুলতান, নিজাম ।দ্রবাদ, স্যার আশুতোষ মুখার্জী; কার্ল মার্ক্স, স্বামী শিবানন্দ নি।

২। বৃষ ঃ- রা অচুম্বা ঙাংই. নাপন তৌই। মুপীগুমই অমসুং কুচুদি ঙৌথাংনৈ। মুপীনা ছায়বা ইনগল্লি। পুল্লি। শময়ামদে, ঙাংজুনৈ অমসুং শমদোন খোইরি তৌই। পেনগল্লি অচৌ অশাংনা চাল্লি। রা য়াম্না ঙাংদে।। মুঙাইগল্লি নারবদি পুক্কী লৈনা ঙইগল্লি। পিল্লিঙৈদা রারবমু চহী য়াম্মগা মুঙাই-রকই। ফজবা মুপী লৌগনি। মতু খর চোম্মন্মু মমিৎ রাশি লৈগনি। চহী ৯৬ গী ফাইরেনগী ৯নি পাম্বদা ঈরাই মুমিৎ অপঙা (রোহিনী) থৌরানমিচাক্ পানবদা শিগল্লি।

৩। মিথুন রাশিদা পোকপদি লমথরা হেল্লি, হকচাং ফৈ অফবা ফিজেং পাম্মই, পুঙ ঈশৈ হৈনৈ, মরূপ ফৈ। লাইরিক লাইশু হৈ। নিপামচা তায় তৌবাতবু মুপী লোম্বা পাম্মী অহুবু অঙাংদি লিকই। হৌরকপদা মুঙাইগল্লি। নারগদি অচিক-অশা অইনা, বাত অমসুং তোন ফাইবা গুম্বা অনাবনা কালেনগী ১২নি পাম্বদা, য়ুমজকৈশা উফোংঙাতু (হস্তা) থৌরান মিচাক পাম্বা মুমিংসংবা মতম্ চহী ৮০ দা শিএ।

---

* বৃষ রাশিগী অফাওবা মী খর — ভগবান কৃষ্ণ, মহারাণী ভিক্টোরিয়া, মুসোলনী, ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর, মিলটন, লর্ড সত্যেন্দ্র প্রসাদ সিংহ ডাঃ সুনীতি কুমার চাটার্জী, গুরুনানক, ঔরঙ্গজেব, ডাঃ রাজেন্দ্র প্রসাদ, ই, চন্দ্র সিংহ।

* মিথুন রাশিগী অফাওবা মী খর— সম্রাট আকবর, ওমর খৈয়াম, প্রফুল্ল সেন, কালি প্রসান্ন কাব্যবিশারদ, জাষ্টিস রমেশ চন্দ্র মিত্র, ডাঃ বামন দাশ মুখার্জীনি।

৪। **কর্কট**ঃ—কর্কট রাশিদি লাইনিংই, অহন মশক খঙই। কোইরংনবা মায়থোং ওই। মরোশিংনা লনথুম পৈশনজৈ। মীগী ফমনা তৌই, মচা য়ামই, মুপীনা ওয়া পানগনি। হকচাংগী ওইদা মৈ না চাকই। লাইবক ময়ায়দা য়ুংনা মরি লৈগনি। ব্রাহেণ্ডমা ভাংবা, চৎপা হৈ, কোক চাওগনি, মরিমত্তা য়ামই। মুপীদি অমত্তনি। অলোম্বা বিছাদগী শৈন পায়গনি। নারবদি লোক অমসুং ফিনুংগী অনাবা ওইগনি। কুইনা পুন্সিগন্দে, দশাদা শিদ্রবাদ চহি ৯৬ য়োগনি। ফাইরেনগী ৯নি পান্বা ঈরাই অপকঙা ( রোহিণী ) থৌব্রানমিচাক প্পানবদা শিগনি।

৫। **সিংহ**ঃ— সিংহ রাশিদি নিপা, থোকই, অঙাংদি লিকই, ইনাক থুল্লি, মীরৈপাক কোইগনি। ঙাংনখিবা লেঙদে। মীগা খংনবা কিগন্দে। মশামউ ফৈ, মক্লপ, রাংলি, শাওগল্লি, ঙা-শা চাগল্লি হঙ্গোইগন্দে। মনিং ঙাংজুনে। নারবদি পুক্কী, য়াগী অনাবা, ঈশিং অমসুং রাখলগী অনাবা ওইগনি। চহী ১০০ ফাওবা পুন্সিগনি। লমদাগী ২০নি পান্বা লৈপাকপোকপা নমিং শিয়ে।

---

* কর্কট রাশিগী অফাওবা থরগী মিদি— শ্রীরামচন্দ্র, মহাত্মা গান্ধী, কামরাজনাদার, লেনিন, জহরলাল নেহেরু, শরৎচন্দ্র চাটার্জী কবি কুমুদরঞ্জন।

* ভীম, দূর্য্যধন, অর্জুন, মহাপ্রভু, বঙ্কিমচন্দ্র চাটার্জী, গায়ক দিলীপকুমার রায়, রাষ্ট্রপতি সর্বপল্লি রাধাকৃষ্ণন, ডাঃ দীনেশ সেন, বীর 'টেকেন্দ্রজিৎ' সিংহ মখোয়সে সিংহ রাশিনি।

৬। **কন্যা :—** কন্যাদা পোকপদি শেন য়াম্ভে, মীগা য়ে খিনৈ, মী ন্ ঙাইনবা য়া চাংগনি। ন্ পীনা পামগনি, লংকৈদা লৈগনি, ওস্তী, লুম্চং কৈ, শাগেনা চানি ন্ পীগনি, ন্ পীনা লাকচৈ, পণ্ডিত ওই, নিপানা য়াম্না পোকই। নারবদি মিংকি অনাবা, থুংলাই, লীন, অমসুং ঈশিং মরিগী অনাবা ওইগনি। লনদাগী ১২নি পাম্বা নোংনাইজিং ন্ মিংতা চহী ৮০দা খোয়রেনি।

৭। **তুলা :—** তুলা রাশিদা পোকপদি মতু মচা মরূপ য়ামদে। ন্ পীদা নিংথেং য়াংলি, ধর্ম লৈগনি, বিচার চুম্না তৌগনি, ললোম্বা হৈগনি। চাবা য়াংতে। মী য়াম্না তিন্ বা মফমদা লৈবা হৈনগনি, লোন খঙই অমসুং ঙাংই। জ্যোতিষ হৈগনি, কুচু মুরৈনৈ, হকচাং ন্ ঙাইগন্দে। নৈ, ঈশিং অরাংবদগী শোক্না নাগনি। চহী ৮২ দা খোয়রেননি। কালেনগী থোরকপা ৮ নি পাম্বা ঈরাই ন্ মিং, নিংথৌনাগা (অশ্লেষা) থোরানমিচাক্না পাম্বদা অয়ুক শি।

---

* ছত্রপতি শিবাজী, স্বামী বিবেকনন্দ, নেতাজী সুভাষচন্দ্র, শ্রীশ্রীওঙ্কারনাথ, আচার্য্য বিনোবাভাবে, George V, Edword VII, স্যার রাসবিহারী ঘোষ, গোভসে, স্যার জগদীশ চন্দ্র বসু, দলাই লামা মখোয়শিংসে কন্যা রাশিদা পোকখিবনি।

* তুলারাশিদা পোকপদি — আলেকজাণ্ডার, চেঙ্গিস খাঁ, বুদ্ধদেব, ডাঃ কেদার নাথ, মাইকেল মধুসূদন দত্ত, প্রেসিডেন্ট ট্রুমেন নি।

৮। **বৃশ্চিক :** বৃশ্চিক রাশিদা পোকপদি পিক্রিথৈদা নাপাল্লি, লাইররকপ্ মনুপীগী মতেংনা নুঙাইহৈ। অতোপ্পবা থবক অমসুং নুংদা রা তাত্তবা হৈহৈ। রাখল নুঙাই, থম্মোই চাওই। অঙাং য়ামই, ঙৌই। নাররবদি পোক্কী ওকশম মরীগী অনাবা ওইগল্লি। খুদোং চাবগী মতুং ইল্লা নুপীস্ ওইবা য়াই। চহী ৯০ দা খোইরেন ওই, ইঙাগী পানথংলকপা ১০নি পাম্বা য়ুমজাকৈশা নুমিং, উফোংঙাতু ( হস্তা ) থৌরানমিচাক পাম্বা নুমিত্তা শি।

৯। **ধনু :**— ধনু রাশিদা পোকপদি ওক' চাওই, চিনবান চাওগনি, অফবা ওইহ্নবা শাগৈগী ওন ঙাকই। মরূপ-মপাং নিংথৌনা চাল্লি, অরাবা নংই। নুপীগা তিন্নরা পামদে। তিন্নরবদি রাথোকই।। শাওগল্লি মচা য়ামদে, থৌনা কৈ, ঈশৈ শৈরেং শেম্বা হৈ। নাররবদি পুক্কী অনাবা ওইগল্লি। চহী ৭৫দা খোইরেম্নে। মহুদগী হেনবস্ রাংপস্ য়াওই। ইঙ্কেনগী ৫ নি পাম্বা ঈরাই হুমিং উফোংঙাতু ( হস্তা ) থৌরানমিচাক্ পানবদা শিয়ে।

---

* বৃশ্চিক রাশিদা পোকপদি— হিটলার, অরবিন্দ, হায়দর আলী, সর্দার বল্লবভাই প্যাটেল, ৬ষ্ঠ জর্জ কবি নবিন সেন, রাজা ফারুক, তারাশঙ্কর বন্দোপধ্যায়।

* ডাঃ বিধান রায়, ডাঃ আর, জি, কর, ব্রহ্মানন্দ, কেশব চন্দ্র, শিশির ভাদুড়ী, অনুকূল চন্দ্র ঠাকুর, শ্রীশ্রীআনন্দ ময়ী মা মথোয় শিংগী রাশিদি ধনু ওইরম্মী।

১০। **মকর** :— 'মকর রাশিদি তপকনি, নিংথৌগুম শক্তি পায়নিংগনি। মীগী নুপীদা মিতাংগল্লি। লাইরোন তিল্লোন হৈগনি, শিংই, মরূপ-মপাংগী অচাম্বা ওইগল্লি। মচা নিপা য়াম্মী, রাশক চেংলি। খ্বাং চাওরপ তৌগনি অমসুং থবক তৌবদা তনগনি, রাদনা তাম্বা শেন পামগনি। নারবদি মুংশিং অমসুং খোপকি অনাবা ওইগল্লি। চহী ৯০দা শিয়ে। থরানগী ১০ নি পাম্বদা লৈপাকপোকপা মুনিং তাঙ্জুইরেং (জ্যেষ্ঠা) থরানমিচাক পাম্বদা শিএ।

১১। **কুম্ভ** :—কুম্ভ রাশিদি য়াম্না শিংই, তল্লি, ফত্তবদা অমুক হৈন্না শিংই। মশক ফজগনি শগোলগী শাজংনি। মনাতোন তুমগনি অমসুং মনা চাওতক তৌগনি। ইমুং মনুংগী নুপীদা কয়া থৌওইদে। লনথুম শাংগ নাতৈ অচৌবগা পক্লে। মরূপ মপাংগা রান্নী শান্নবতা মতম মাংহনবা হৈ। থৌনা লৈ। ময়াং কংই, মচাদি য়ামদে। জোরার শান্নবা, য়ু য়োনবা অচৌবা শান্নবুওদা নক্ল লৈবা হৈনগনি। নারবদি মুংশিং অমসুং পুক্কী অনাবা ওইগল্লি। নুপীদি লোনগল্লি, খরা রাগনি। চহী ৯০ দা শিয়ে। লাংবনগী শিন্দুং ২৯নি পাম্বা থাংজা থাবা (ভরনী) খৌরানমিচাকনা পাম্বদা লৈরোয়।

---

* নেপোলিয়ন, নাট্যকার অপরেশ মুখার্জী, শ্রীশ্রীবিজয়কৃষ্ণ গোস্বামী, Scientist ডারুইন, কবি ঈয়েটস, হেনরী ফোর্ড, হ্যাভলক ইলিস মখোয়শিংসে মকর রাশিদা পোকখিবনি।

১২। মীন ঃ— মীন রাশিদা পোকপা মীদি মশক ফজ্জে, মুপীগা লৈমিন্নবা পাম্মী। ঈশিংদা পকনৈ, মীগী মরল ফংই, মুত্তাই। লাইরিক ফৈ, পণ্ডিত ওইগল্লি। মরৈ চাওই, মীভোন্দা ভক্তি কায়দে। ঈশিং অমস্থং লোক্কী অনাবা তৌগল্লি। মবুক ছারাওগল্লি। চহী ৯০দা শিয়ে মেরাগী ১৭নি পাম্বা, শগোলসেন মুংদাংরাই খোংচাওমুপী ( কৃত্তিকা ) থৌরানমিচাক পাম্বা মতমদা লৈরোয়।

---

* পরম হংসদেব, ডাঃ শ্যামাপ্রসাদ মুখার্জী, মাদাম কুরি, সাহিত্যিক শৈলজানন্দ মুখার্জী Edword VIII কবি গ্যেটে অগষ্ট'স সীজার, দামোদর সভারকর,ময়ামশিগী রাশিদি কুম্ভনি।

★ যীশুখৃষ্ট, বালগঙ্গাধর তিলক, জাষ্টিস্ গুরুদাস বানার্জী, গোবিন্দ বল্লভ পন্থ, জাষ্টিস চন্দ্র মাধব ঘোষ, শ্রীমৎ কুলদানন্দ ব্রহ্মচারী মখোয়শিংগী রাশি মীননি।

# লগ্ন তরানিথোইগী ফল

**মেষ লগ্ন** :— শাওগল্লি. মীগা খংনবা পাম্মী, শেনলিকই, লনচেল্লি। কোয়বা পাম্মী। মীয়াম্মা মশক খংই, লমচং, ফজৈ, ফত্তবা মচা পোকই। মনম হুল্লি। শুক্র প্রথম মারোক, মঙ্গল দ্বিতীয় মারোক্নি।

**বৃষ লগ্ন** :— মীয়াম্মা ময়ংশিগনি। লাইবক ফবা ওই। লাইগুরু নিংজৈ, অমসুং লাইগুরুগী লন ফংজে। মানা ঙাংবা তানিংই। বুধ প্রথম মারোক বৃহস্পতি দ্বিতীয় মারোক্নি।

৩। **মিথুন** লগ্ন :— অপোকপী কুইনা পুন্সিদে। তপ্মী; মীনা ময়ংশিগনি, নোকপা রাশি লৈগল্লি। য়েংথিবাবু ঙম্মি খর তল্লি, লাইরিকতি হৈগনি। ঈশৈ নোংমাই পাম্মী। চন্দ্র প্রথম মারোক, শনি দ্বিতীয় মারোক্নি।

---

* মেষলগ্নদা পোকখিবা অফাওবা মী খরা— যীশুখৃষ্ট, আলেকজাণ্ডার দি গ্রেট, ডঃ শ্রী কেদারনাথ দাস. সর্দ্দার বল্লভভাই প্যাটেল, রাজেন্দ্র লাল মিত্র, জাষ্টিস চন্দ্রমাধব ঘোষ নি।

* বৃষলগ্নদা পোকখিবদি শ্রীকৃষ্ণ, কবি ওমর খৈয়াম, লর্ড টেনিশন্ বার্নার্ডশো, Queen ভিক্টোরিয়া, নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু, স্যার আশুতোষ মখার্জী. ডক্টর শ্যামা প্রসাদ, ডঃ সুনীতি চাটার্জী, স্যার জগদীশ বসু নি।

* ভীমসেন ( মহাভারত ) ঠাকুর হরনাথ, কেশোরাম পদ্দার নাট্যকার অমৃতলালবসু. মুখ্যমন্ত্রী অজয় মুখার্জী, মহারাজ মান সিংহ,, ফজলুল হক, গডসে, সারেদশ্বরী দেবী মখোয় মিথুন লগ্নদা পোকখি।

৪। **কর্কট লগ্ন :**—বুদ্ধি ফগনি, থবক হৈ, আবোনবা বিস্থা হ অমস্তুং আরোনবা লন ফংজৈ, অথুম অহাওবা চাবা হৈনৈ। াপল কল্লি। মপুক তপই অঙাংদি য়াম্মী। রবি প্রথম মারোক নি দ্বিতীয় মারোক্লি।

৫। **সিংহ লগ্ন :**— মশা কল্লি, অঙাং লিকই, মীদি কিদে, থুং ফজৈ। মীনা হায়বা ইন্দে, মহাক্ন তৌবনা চুম্মী খল্লি। রূপ লিকই মপা-মমানা লূনা তৌই। খংনবা কিগন্দে। বুধ থম মারোক বৃহস্পতি দ্বিতীয় মারোক্লি।

৬। **কন্যা লগ্ন :**— ঈশৈ শকপা শোনবাদা হৈনগনি, মশক জগনি মীনা ম্নংশিগনি। লমচং ফজগনি, ধনজন য়াম্মী। থাংবল্লি, লাইবক ফৈ। মুপী অহান্ব পক্লদে। মহৈস্নু হৈগল্লি ক্র প্রথম মারোক, অমস্তুং মঙ্গল দ্বিতীয় মারোক্লি।

---

* কর্কট লগ্নদা পোকখিবদি শ্রীরামচন্দ্র, অর্জুন ( মহাভারত ) বুদ্ধদেব, শঙ্করচার্য্য, চেঙ্গিস খাঁ। শ্রীঅরবিন্দ, লোকমান্য তিলক, পণ্ডিত জহরলাল নেহেরু, ইন্দিরা গান্ধী, কংগ্রেস প্রেসিডেন্ট কামরাজ, তাঁতিয়া টোপী, স্বামী শিবানন্দ।

* সিংহলগ্নদা ধর্ম্মরাজ যধিষ্টির, ছত্রপতি শিবাজী, গুরুনানক, শ্রীচৈতন্যদেব, সম্রাট আকবর, প্রেসিডেন্ট কুলিজ, ডাঃ বিধান চন্দ্র রায় পোকখি।

* কন্যা লংদা পোকখিবা মীদি রাজা ফারুক, স্যার উইনষ্টন চার্চিল, ঠাকুর অনুকূল চন্দ্র, প্রেসিডেন্ট ট্রুমেন, শ্রীমতী বন্দর নায়ক, শ্রীমদ গঙ্গানন্দ ব্রহ্মচারী নি।

৭। তুলা লগ্ন :—তুলা লগ্নদা পোকপদি হকচাং পিকই, অচুম্বগী দমক শিবা কিদে। বুদ্ধি লৈ, মখল মথেনগী বিদ্যাস্থ হে। নুপী য়ামই। মঙ্গলগ্রহসে প্রথম মারোক শুক্রনা দ্বিতীয় মারোক্নি।

৮। বৃশ্চিক লগ্ন :—বৃশ্চিক লগ্নদা পোকপদি মশক ফজদে, লাইরৈ হৈ শিংজরগা মুঙাইজৈ, মুঙাইবা হৈতে, শাওগল্লি, খৎনবা হৈ। মরাইবক ফগল্লি, মশা কল্লি। বৃহস্পতি প্রথম মারোক বুধনা দ্বিতীয় মারোক্নি।

৯। ধনু :— মশক ফজৈ, মখল মথেনগী বিদ্যা হৈগল্লি, মীওোন্দা পিজবা পাম্মুদে, মীনা থৌদাবা য়াগল্লি। মুঙাইগল্লি, পাপকি থবকস্থ হৈনৈ। মচিন ননাওদি নুংশিনগন্দে। মামাংদা নুংশি তুংদা রা ওাংই। শনি প্রথম মারোক, চন্দ্র দ্বিতীয় মারোক্নি।

---

* তুলা লং দা মহাভারতকী দুর্য্যোধন, সম্রাট আকবর, নবাব হায়দর আলী, যোসেফ ষ্ট্যালিন, মহাত্মা গান্ধী, দেশবন্ধু চিত্তরঞ্জন দাস, নেপোলিয়ন, হিটলার, মুসোলিনি, নিজাম হায়দ্রাবাদ, দার্শনিক হিরেন্দ্র নাথ দত্ত পোকখি।

* বৃশ্চিক লং দা ব্রহ্মানন্দ কেশব চন্দ্র, নটশ্রেষ্ঠ অর্দ্ধেন্দু শেখর মুস্তাফী শ্রীমতী চন্দ্রাবতী, হেনরী ফোর্ড পোকখি।

* ধনু লং দা স্বামী বিবেকান্দ, ঈশ্বর বিদ্যাসাগর, Edword VII, টিপু সুলতান, দেশপ্রিয় যতীন্দ্র মোহন সেনগুপ্ত, লাল বাহাদুর শাস্ত্রী, সীডেল ফল্ল (actor) Dr. সুবোধ মিত্র পোকখি।

১০। **মকর লগ্ন ঃ** - থৌনা ফবা, কংথোকপা পাম্মী, য়াতা ফজৈ। অঙাংদি য়াম্মী, কত্তবা থবক তৌবস্তু হৈনগনি। অফবা মতু মচা ফংজে। শনি প্রথম মারোক, রবি দ্বিতীয় মারোক্লি।

১১। **কুম্ভ লগ্ন ঃ**— পুক্নিং লেপ্পে, মীগী মুপী পামগল্লি। হকচাং ফৈ, চাবা থকপা রাংহে, তৌহৈদবা তৌই। মী কিদে, শিংই অমম্নুং তনগল্লি। বৃহস্পতি প্রথম মারোক্লি, বুধ দ্বিতীয় মারোক্লি।

১২। **মীন লগ্ন ঃ** নহা ওইরিবৈদা ওকৃত্তে মগৈদদি ফৈ, মহে মশিং হৈ, মীথোয় ওইগল্লি। পাঙ্গল কল্লি, মশক ফজৈ, মনাতোন তুশ্মি। অফবা থবক তৌদুনা শেন্ তাল্লি, অঙাংদি য়াম্মী, মুপীগা তিনবা পাম্মী। মঙ্গল প্রথম মারোক্লি, শুক্র দ্বিতীয় মারোক্লি।

---

১০। সাহিত্য সম্রাট বঙ্কিমচন্দ্র, ডাঃ রাজেন্দ্র প্রসাদ, মাধব রাও, বনফুল, মখোয়শিংসে মকর লগ্নদা পোকখি।

১১। কুম্ভ লগ্নগী মীওই থরা - পরমহংসদেব, সম্রাট ঔরঙ্গজেব, আব্রাহাম লিঙ্কন, কার্ল মার্ক্স, হ্যাভলক এলিস, গিলবার্ট (actor) কবি নবিন সেননি।

১২। মীন লগ্নদা পোকপদি George-V, রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর, শরৎচন্দ্র চাটার্জী, স্বামী সারদানন্দ, রাসবিহারী ঘোষ, পি, কে, বসু, জাষ্টিস রমেশমিত্র, ই, চন্দ্র সিংহনা চিংবা।

# থৱানমিচাক ২৭ কী মিং

| মশী | মীতৈলোন্দা | সংস্কৃত্তা | ইংরাজীদা |
|---|---|---|---|
| ১ | শজিক | অশ্বিনী নক্ষত্র | Arietis |
| ২ | থাৱা | ভরনী " | Musca |
| ৩ | খোঙচোং সুপী | কৃত্তিকা " | Pleiads |
| ৪ | অপকপা | রোহিনী " | — |
| ৫ | শাচুং তেলহৈবা | মৃগশিরা " | Orionis |
| ৬ | লীকলা শাফাবা | আর্দ্রা " | " |
| ৭ | চীংচরোইবী | পুনর্বসু " | Geminorum |
| ৮ | চুঙশেন নূপী | পুষ্যা " | Cancril |
| ৯ | নিংথৌ নাগা | অশ্লেষা " | Hydrae |
| ১০ | নিংথৌ তুরেল | মঘা " | Milky way |
| ১১ | নিংথৌ শামু | পূর্ব্ব ফাল্গুনী " | E. Leonis |
| ১২ | শামু পীচা | উত্তর " " | N. Leonis |
| ১৩ | উকোং ভাতু | হস্তা " | Carvi |
| ১৪ | মোকাং শঙ্ক | চিত্রা " | Virginis spiea |
| ১৫ | লুরাং শঙ্ক | স্বাতী " | Bootis |
| ১৬ | শঙ্ক | বিশাখা " | Libra |
| ১৭ | ওকপুরোই | অনুরাধা " | Scorpionis |
| ১৮ | তাওহুইরেং | জ্যেষ্ঠা " | Antares |
| ১৯ | তেংঙ্কেংমুবী | মূলা " | Scorpionis |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ২০ । | থয়াস্ত্র: | পূর্ব্ব ষাঢ়া | ” | Sagittarii |
| ২১ । | থাড্ডান | উত্তরাষাঢ়া | ” | ” |
| ২২ । | নিংথৌমমু মমৌ | শ্রবনা | ” | Aquilee |
| ২৩ । | হাকৈমাযে | ধনিষ্ঠা | ” | Delphini |
| ২৪ । | কোমোম্ন | শতভিষা | ” | Aquarri |
| ২৫ । | থাবা লিতেং | পূর্ব্বভাদ্রপদ | ” | Pegasi |
| ২৬ । | শিল্প লৈনিং | উত্তর ভাদ্রপদ | ” | Pegasi |
| ২৭ । | য়ায়া খুরো | রেবতী | ” | — |

---

* থরানেমিচাকী মতুং ইন্না মী মীগী অক-ফত্তা চহী মতাঙ ।

মীয়ুগী থরানশিচাক নং ১দা পোক্লবদি মশাগী চহী ০১ । ১০ । ১৬ । ২৫ । ২৮ । ৩৪ । ৩৬ । ৩৭ । ৪৬ । ৫২ । ৬১ । ৬৪ । ৭০ । ৭২ দা ফত্তে ।

থরানমিচাক নং ২দা পোক্লবদি চহী ০৯ । ১৫ । ২৪ । ২৭ । ৩৩ । ৩৫ । ৩৬ । ৪৫ । ৫১ । ৬০ । ৬৩ । ৬৯ । ৭১।৭২ গী মতাংদা ফত্তে ।

থরানমিচাক নং ৩দা পোক্লবদি চহী ০৮ । ১৪ । ২৩ । ২৬ । ৩২ । ৩৪ । ৩৫ । ৪৪ । ৫০ । ৫৯ । ৬২ । ৬৮ । ৭০ । ৭১ গী মতাংদা ফত্তে ।

থরানমিচাক নং ৪দা পোক্লবদি— চহী ০৬ । ১৫ । ২২ । ২৫ । ৩৩ । ৩৪ । ৪২ । ৫১ । ৫৮ । ৬০ । ৬৯ । ৭০গী চহী মতাংদা ফত্তে ।

থরানমিচাক নং ৫ দা পোক্লবদি— চহী ০৩। ০৬। ১২। ১৪। ১৫। ২১। ২৩। ২৪। ৩০। ৩২। ৩৯। ৪২। ৪৮। ৫০। ৫১। ৫৭। ৫৯। ৬০। ৬৬। ৬৮দা ফত্তে।

থরানমিচাক নং ৬ দা পোক্লবদি— চহী ০২। ০৫। ১১। ১৩। ১৪। ২০। ২২। ২৩। ২৯। ৩১। ৩২। ৩৮। ৪১। ৪৭। ৪৮। ৪৯। ৫০। ৫৬। ৫৮। ৫৯। ৬৫। ৬৭। ৬৮ দা ফত্তে।

থরানমিচাক নং ৭ ওইরবদি চহী— ০১। ১০। ১৩। ১৯। ২১। ২২। ৩১। ৩৭। ৪৬। ৪৯। ৫৫। ৫৭। ৬৭ তা ফত্তে।

" " ৮ " " — ০২। ০৯। ১১। ২০। ২৯। ৩৮। ৪৫। ৪৭। ৫৬। ৫৭। ৬৫ দা ফত্তে।

" " ৯ " " — ০১। ০৮। ১০। ১৯। ২০। ২৮। ৩৭। ৪৪। ৪৬। ৫৫। ৫৬। ৬৪ দা ফত্তে।

" " ১০ " " — ০৭। ০৯। ১৮। ১৯। ২৭। ৩৬। ৪৩। ৪৫। ৫৫। ৬৫ দা ফত্তে।

" " ১১ " " — ০৬। ০৮। ০৯। ১৫। ১৭। ১৮। ২৪। ২৭। ৩৩। ৩৫। ৩৬। ৪২। ৪৪। ৪৫। ৫১। ৫৩। ৬০। ৬৩। ৬৯

৭১ । ৭২ ফত্তে ।

" " " ১২ " " — ০৫ । ০৭ । ০৮ । ১৭ । ২৩ ।
৩২ । ৩৫ । ৪১ । ৪৩ । ৪৪ ।
৫৩ । ৫৯ । ৬৮ । ৭১ ।
ফত্তে ।

" " ১৩ " " — ০৪ । ০৬ । ১৬ । ২২ । ৩১ ।
৩৪ । ৪০ । ৪২ । ৫২ । ৫৮ ।
৬৭ । ৭০ ফত্তে ।

" " ১৪ " " — ০৫ । ০৬ । ১৪ । ২৩ । ৩০ ।
৩২ । ৪১ । ৪২ । ৫০ । ৫৯ ।
৬৬ । ৬৮ ফত্তে ।

" " ১৫ " " — ০২ । ০৪ । ০৫ । ১১ । ১৪ ।
২০ । ২২ । ২৩ । ২৯ । ৩১ ।
৩২ । ৩৮ । ৪০ । ৪১ । ৪৭ ।
৫০ । ৫৬ । ৫৮ । ৫৯ । ৬৫ ।
৬৭ । ৬৮ ফত্তে ।

" " ১৬ " " — ০১ । ০৩ । ০৪ । ১০ । ১৩ ।
৪৯ । ২১ । ২২ । ২৮ । ৩০ । ৩১
৩৭ । ৩৯ । ৪০ । ৪৬ । ৪৯ ।
৫৫ । ৫৭ । ৫৮ । ৬৪ । ৬৬ ।
৬৭ ফত্তে ।

" " ১৭ " " — ০২ । ০৩ । ০৯ । ১২ । ১৮ ।
২০ । ২১ । ২২ । ২৯ । ৩০ ।

৩৬ । ৩৮ । ৩৯ । ৪৫ । ৪৮ ।
৫৪ । ৫৬ । ৫৭ । ৬৩ । ৬৫ ।
৬৬ । ৭২ কন্তে ।

” ” ১৮ ” ” — ০২ । ০৮ । ১৭ । ২০ । ২৬ ।
২৮ । ২৯ । ৩৮ । ৪৪ । ৫৩ ।
৫৬ । ৬২ । ৬৪ । ৬৫ কন্তে ।

” ” ১৯ ” ” — ০৯ । ১৬ । ১৮ । ২৭ । ২৮ ।
৩৬ । ৪৫ । ৫২ । ৫৪ । ৬৫ ।
৬৪ । ৭২ কন্তে ।

” ” ২০ ” ” — ০৮ । ১৫ । ১৭ । ২৬ । ২৭ ।
৩৫ । ৪৪ । ৫১ । ৫৩ । ৬২ ।
৬৩ । ৭১ কন্তে ।

” ” ২১ ” ” — ০৫ । ০৭ । ০৮ । ১৪ । ১৬ ।
১৭ । ২৩ । ২৫ । ২৬ । ৩২ ।
৩৫ । ৪১ । ৪৩ । ৪৪ । ৫০ ।
৫২ । ৫৩ । ৫৯ । ৬১ । ৬২ ।
৬৮ । ৭১ কন্তে ।

” ” ২২ ” ” — ০৪ । ০৬ । ০৭ । ১৫ । ১৬ ।
২২ । ২৪ । ২৫ । ৩১ । ৩৪ ।
৪০ । ৪২ । ৪৩ । ৫১ । ৫২ ।
৫৮ । ৬০ । ৬১ । ৬৭ । ৭০ ।
কন্তে ।

” ” ২৩ ” ” — ০৩ । ০৫ । ০৬ । ১২ । ১৩ ।

১৫ । ২১ । ২৩ । ২৪ । ৩০ ।
৩৩ । ৩৯ । ৪১ । ৪২ । ৪৮ ।
৫৭ । ৫১ । ৫৭ । ৫৯ । ৬৬ ।
৬৯ ফক্তে ।

০২ । ০৫ । ১১ । ২৩ । ২৯ ।
৩৮ । ৪১ । ৪৭ । ৫৯ । ৬২ ।
ফক্তে ।

" " ২৫ " " — ০১ । ০৩ । ১১ । ১২ । ১৩ ।
২১ । ৩০ । ৩৭ । ৩৯ । ৪৭ ।
৪৮ । ৪৯ । ৫৭ । ৬৬ ফক্তে ।

" " ২৬ " " — ০২ । ১১ । ১২ । ২০ । ২৯ ।
৩৬ । ৩৮ । ৪৭ । ৫৯ । ৬৫ ।
৭২ ফক্তে ।

" " ২৭ " " — ০১ । ০৮ । ১০ । ১১ । ১৭ ।
২০ । ২৮ । ২৯ । ৩৫ । ৩৭ ।
৪৪ । ৪৬ । ৪৭ । ৫৩ । ৫৬ ।
৬৪ । ৬৫ । ৭১ ফক্তে ।

মথক্তা ফক্তে হায়খিবা চহী মশিংসে মাগী মাগী চহীগী মতাংদা ত্রিপাপ, মসী থোকই ত্তাকখমি। মসিগী মতাংদা দশা ফবা থোক্নবস্থ থবক তৌবদা অমসি নাবা তাপ্পা থোক্নবস্থ থুদোং থীগনি। মসিন্ত্র ত্রিপাপ বর্ষ কৌই। অনৌবা অকবা থবক পায়থংপম্ব অপঙ্খা ওইগনি। মসি চহী ৭২ ফাঙবগী থোংপনি।

৬। *থাবান্দা পোকথিগ্রা? নত্রগা থানিনদা পোকথিত্রা খুদম—

(ক) নোংমা পাৱদগী ১৫নি (পূর্ণিমা) পান্বা ফাওবগ মমুত্তদা পোকপা মীদি মশক ফজৈ, লমচৎ ফজৈ, থম্মোয় ফজৈ, রা ভাংবা হৈ।

(খ) পূর্ণিমা মতুংদগী থাসিগী মমুত্তদা পোকপদি মুপী য়ায় পামগনবা অমসুং শাগৈগী কানবা তৌবা অসিনচিংবা খত্তহল্লী।

(১) নোংমা পান্বা নত্রগা নোংমা কোম্বদা পোকপদি শাগৈগী থাউনৈ ওই, মতিক মঙ্গল চাউই। মশম মনা ফজৈ, মচাপ য়াম্মি।

(২) নিনি পান্বা নত্রগা কোম্বদা পোকপদি থৌজাল হৈ, গুণ চেল্লি, পাঙ্গল কল্লি, য়েক্লবৱু লাকথ্রবা ত্তমই। মনিং চংলি।

(৩) ভমনি পান্বা নত্রগা কোম্বদা পোকপদি— অচুম্বা রা ভাওই। মীগী কান্নবা তৌই। গুণ চেল্লি, মুংশিংকী অনাবা ওই।

(৪) মরীনি পান্বা নত্রগা কোম্বদা পোকপদি— খংনবা পান্মী, মচাবু লুনা তৌই, মরূপ মপাংগা তিন্নৈ।

(৫) মঙানি পান্বা নত্রগা কোম্বদা পোক্লবদি— পণ্ডিত ওই, গুণ লৈ। মীনা ইকাইখুম্বা পী, মরূপ মপাংগী চান্নবা ওই।

(৬) তরুক্কি পান্বা নত্রগা কোম্বদা পোক্লবদি— মিং চংলি, মহৈ হৈ, মশা উরিং থুংই, অচুম্বা পামই, পুক্নি শাংই, লল লৈ।

(৭) তরেৎনি পাম্বা অমস্থুং কোম্বদা পোকপদি— য়েরুবব মাঙহল্লি। মঙ্গিং লাওই, মৈনা কল্লি। মপাগী মরন মাঙহল্লি।

(৮) নিপানবি পাম্বা অমস্থুং কোম্বদা পোকপদি— ফুঙাইগল্লি, মীগুংশি খঙই, মুপাদি লুনা তৌই, তপচৈ।

(৯) মাপল্লি পাম্বা অমস্থুং কোম্বদা পোকপদি— লীকই, নমচৎস্থু নাইদে, মীগা য়েংথিনগল্লি।

(১০) তরানি পাম্বা অমস্থুং কোম্বদা পোকপদি— মঙক শাংই, মীবু মুংশি, মরল মথ্ম লৈ।

(১১) তরামাথোইনি পাম্বা অমস্থুং কোম্বদা পোকপদি— অৱাবা নংই, শাওগল্লি, রাগদি অকবা ভাওই। লাইগুক নিংই।

(১২) তরানিথোইনি পাম্বা অমস্থুং কোম্বদা পোকপদি— অৱাকপা মীবু লনা তৌই। নিংথৌনা ঈকায় খুম্নে।

(১৩) তরাহুমদোইনি পাম্বা অমস্থুং কোম্বদা পোকপদি— নহা ওইরিঙৈদা মুঙাই, মশক মতৌ ফজে, গুন্ চেন্দে, খরা তল্লি।

(১৪) (ক) তরামরিনি কোম্বদা পোকপদি শাউগল্লি, মশক ফজে, অতোপ্পা মুপী পায়ই।

(খ) তরামরিনি কোম্বদা পোকপদি শরুক ৬ থোক্না খায়দোকই.

১বা শরুক্তা পোকপদি কৈঙ্এ।

২শুবা ” ” মপা কায়নৈ।

৩ ” ” ” মমা কায়নৈ।

৪ ” ” ” মামা কায়নৈ।

## মাগৈ নিপান তাকপা




**মাগৈপুবা অমম্মুং মাগৈ ঙাকপা লাইশিংগী মিং :-**

অৱাং কৌব্রুদি কৌব্রুনা গুপই। নোংপোকী লাই কোরৌহনবা কৌই। মোইরাং লাইজিদি থাংজিংনি। মথা ৱাংব্রেননি। মৈরমদা থমলাংবনা ঙাকই, নোংচুপ্তা য়েংখুৱাকপা চিংখৈদা মার্জিংনা ঙম এ।

★ চাকথা পীবা, ঈৱাংথৌনিবা, চাবান্নচিংবা অমম্মুং চথো খোতোকপা মতমদা মাগৈ মাগৈত্থুগী মপু ( লাই ) ভুবু ৱাখল চিংশিন্নুনা খুরমজগনি।

চৎনবী মীতৈ খুপায়

২। কদায়দা করি লৈ? লৈকম তাকপা অমসুং অপোকপা খুরম্বা :—

| পাম্বা | মীগী লৈকম | থরাইগী লৈকম | লাইনা চাবা | লাইনা লৈবা | ঈ থুদেং | অপোকপা থুরুম্বা লাই হারাওবা |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | খুদোন্দা লুতুংদা | থবাক্তা খোংপাক্তা | লাই চায় | মৈদা | লৈতে | ফৈ |
| ২ | থবাক্তা, লাইবক্তা | থুনমদা | য়েন ” | লাইরুদা | লৈতে | ফৈ |
| ৩ | ওইগী খুত্তা | খোয়দা | ভাম্বু ” | কাংখদা | লৈতে | ফৈ |
| ৪ | খ্বাংদা | পাম্বোমদা | হুই ” | খোঙজিন্দা | লৈ | ফত্তে |
| ৫ | চিনবান্দা | তুংদা, নংগন্দা | ওক ” | [illegible]মাঙদা | লৈতে | ফৈ |
| ৬ | খুজেংদা | নিংগোংদা | ষণ ” | ঈংখোলদা | লৈ | ফত্তে |
| ৭ | লম্রাইদা | পুক্তা, য়াদা | ইবোই | ঈশিংদা | লৈ | ফত্তে |
| ৮ | নিংথুদা | লাইবক্তা, ফৈদা | শগোল | লমজাওদা | লৈ | ফত্তে |
| ৯ | তুংদা, নিংদোন্দা | লেংবান্দা | শামু | লোদা | লৈ | ফত্তে |
| ১০ | নিংখ্বাংদা, লেংবান্দা | পুক্তা | মী | ইমুং | লৈ | ফত্তে |
| ১১ | লৈদা, তুদা | নাকোংদা, কোক্তা | লাই, কৈ | মৈদা | লৈতে | ফৈ |
| ১২ | কোক্তা | নাকোং মগুঙদা | য়েন, হুই | লাইরুদা | ” | ” |
| ১৩ | খৌরিদা | খদাংদা | ভাম্বু, হানেং | কাংখদা | লৈ | ফত্তে |
| ১৪ | পুকনুংদা | তুং, নঙন্দা | হুই | খোংজিন | ” | ” |
| ১৫ | হকচাং পুম্নমক্তা | কোক্তা, লাইবক্তা | ওক | ওমাং | ” | ” |
| ১৬ | নাকোংদা | থুংনমদা | ষণ, হৌদোং | ঈংখোল | ” | ” |
| ১৭ | লেম্ফুদা, লু-মরক্তা | হকচাং মগুংদা | ঈরোয় | ঈশিং | ” | ” |
| ১৮ | থুমিং, মিত্তা | খোজেংদা | মী, শগোল | লমজাও | ” | ” |
| ১৯ | খুজেংদা | য়াদা | শামু | লো | ” | ” |
| ২০ | ওক্রি, লুশম | লৈথাদা | মী | ইমুং | ” | ” |
| ২১ | খ্বাংদা, খোংগী খুনন | মিং, মিথক্তা | লাই, ষণগী ঈ | মৈদা | লৈতে | ফৈ |
| ২২ | ফৈগন্দা, ফৈবাক্তা | থম্মোয়দা, নাতোন্দা | য়েন, মী | লাইরু | ” | ” |
| ২৩ | থুংনম অনিদা, ওক্তা | পুক্তা, থবাক্তা | ভাম্বু, শামু | কাংখা | ” | ” |
| ২৪ | য়াদা | থবাক্তা | হুই, হঙোয় | খোংজিন | ” | ” |
| ২৫ | থুংনম, খুদোন্দা | পুক্তা,খুদাংদা | ওক, লাই | ওমাং | ” | ” |
| ২৬ | খুবাকতা | খুচেপ্তা | ষণ; মী | ঈংখোল | ” | ” |
| ২৭ | লৈতোন্দা,শেগ্রাকতা | খুচেপ্তা,লেংবান্দা | ঈরোয়, লাই | ঈশিং | ” | ” |
| ২৮ | লিঙ্গদা, চনিংদা | নাতোন্দা | শগোল, হুই, ঈ | লমজাও | ” | ” |
| ২৯ | শমদোন্দা | লাইবক্তা, নাকোংদা | শামু | লো | ” | ” |
| ৩০ | মিং, শমখোংদা | নাত্তোল, চাইরুং | মী, লাই | ইমুং | ” | ” |

**থুদম ওইনা** :— পাম্বা ১১, মীনা লৈদা তুদা লৈ।
থরায়না নাকোংদা, কোক্তা লৈ। লাইনা-লাই অমসুং কৈ চায়।
লাইনা লৈবদি মৈদনি। ঈ থুদেং লৈতে। অপোকপা থুরম্বা অমসুং
লাই হারাওবা ফৈ।

**(ক) য়ুম কূপ্পা অমসুং য়ুম সিবগী নুমিৎ তাকপা —**

য়ুম কুপ্পা অমসুং সিবদি থৱানমিচাক্তা যেংনৈ মঙ্গদি থৱান মিচাক নং ২২ নিংথৌমস্থু মমৌ ( শ্রবনা নক্ষত্র ) দগী হৌদুনা থৱানমিচাক নং ২৭ ৱাযা থুরো ( রেবতী নক্ষত্র ) না পায়রগী মমুঙদা য়ুম কুপ্পা অমসুং য়ুম সিবা তৌনদে ।

(খ) মথক্তা ইরিবা চার্টসিগী মতুং ইন্না লাইনা শমাঙদা লৈবা নুমিৎ ৫ নি, ১৫ নি, ২৫ নি পান্বা নুমিত্তা শমাঙ থোনবা ফত্তে ।

(গ) লাইনা ঈংখোনদা লৈবা ৬ নি, ১৬ নি, ২৬ নি পান্বা নুমিৎতা ঈংখোনদা অনৌবা লৈপাক হাপ্পনা চিংবসু ফত্তে ।

(ঘ) থোঙজিন্দা, কাঙখাদা লাইনা লৈবা মতমদসু অযবা থবক তৌবা, থোঙ শেমদোক শেমজিন অমসুং কাঙথোল হোংদোক হোংজিন তৌহৈদে । নুমিৎতুগী লাইজাউ বদোমদা লৈবগে হাযবতুসু চেকশিন্না যেংগনি । লাইজাও লৈবা থোক্লবদি মাই লোম । কাংথোল অনৌবনা চিংবা থারগা হিপ্পসু তৌহৈদে ।

(ঙ) থাসি মাগৈদা জীব পান্বা পোং পুথোক পুশিন তৌব ফত্তে ।

মন্না যেগদবদি চার্টতা লাইনা কবি চাবগে হাযবতুনি ।

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| লাইনা | যেন | চাবা | নুমিৎতা | যেন | পুরক্লবদি | কানবা | ফংদে | । |
| ” | হুই | ” | ” | হুই | ” | ” | ” | । |
| ” | ঙান | ” | ” | ঙান | ” | ” | ” | । |
| ” | হামেং | ” | ” | হামেং | ” | ” | ” | । |
| ” | ওক | ” | ” | ওক | ” | ” | ” | । |
| ” | ষণ | ” | ” | ষণ | ” | ” | ” | । |
| ” | ঈরোই | ” | ” | ঈরোই | ” | ” | ” | । |

লাইনা শামু চাবা মুমিংতা শামু পুরক্লবদি কানাবা ফংদে।
" শগোল " " শগোল " " " ।

ৰ ব পাম্বা পুথোক পুশিন তৌবসি খুপায়গী মতুং ইন্না শকুনি ব্য থোকপা নুমিত্তা পুনদে অমস্তুং লোনদে। মরমদি জীবতু দুইনা পুস্লিদে। ব্যাঘাত অমস্তুং বজ্রযোগ থোকপা নুমিত্তসু যত্তে। যোগিনী লৈবা মাগৈদসু পুবা যত্তে এ। মসিদি খুপায়দগী খণ্ডগনি।

**থব্রানমিচাক্কী খুদম** — থব্রানমিচাক অচঙবদা পোং-চৈ লৌশিন্না অমস্তুং লৈশিন্না কৈ অতুদি থব্রান মিচাক নং ৫। ৬। ১১।১২। ১৫ ১৬। ১৭। ১৮। ২০। ২১। ২৩। ২৬। ২৭ শিংনা পান্বা নুমিৎ সে অফবনি। থব্রানমিচাক ১। ৪। ৭। ৯। ১০। ১২। ১৩। ২৫ শিংসে অচঙঅথোক থব্রানমিচাক কৌই। মসিদসু পোং-চৈ পিথোক পিশিন তৌবা কৈ। থব্রানমিচাক মমিং তাঙবনা পাম্বদা পোং চৈ মাঙখ্রবসু পোং অতু নক্লা লৈ, থুনা ফংগনি খণ্ডহল্লি। অতুদি থব্রানমিচাক নং ৪। ৮। ১২। ১৬। ২০। ২৩। ২৭ নি।

থব্রানমিচাক মমিং নামা তাঙবদা পোং মাঙখ্রবদি থাপ্পা লৈ পাওসু তাগনি অতুদি নং ৬। ১০। ১৪। ১৮। ২২। ২৫। ১ থব্রানমিচাক্কি। থব্রানমিচাক মিংচেং নাবদা পোং চৈ মাঙখ্রবদি ফংবা রায় পাও তারবসু থীন্না ফংই। অতুদি নং ৫।৯।১৩।১৭।২৪ ২৬।১৯ থব্রানমিচাক্কি।

থব্রানমিচাক ১।৩।৭।১১।১৫।২৬ মশিবু মমিং উবা নক্ষত্র কোই। মসিশিংনা পাম্বা মুমিংতা পোংচৈ হুখ্রবদি ফংবা রাই অমুক হন্না

মশক ফাওবা উবা ফংলোয় খঙগনি ।

২ ৩।৮।১৪।১৯।২৪ শিংসিনা অথোকপা থৱান মিচাক কোই । মসিগী মতমদা পোং চৈ পিথোকপা য়াদে। পিথোকখ্রবদি অমুক হন্লক্লে খঙউও ।

থৱানমিচাক ১দি শজিক্লি (অশ্বিনী নক্ষত্র ) মথা মাগৈবু খঙহল্লি ।
" ২দি থাবা ( ভরনী ) য়ান্না লাপ্পা মাগৈ খঙদবা ।
" ৩দি খোঙচোং নুপী ( কৃত্তিকা ) অৱাংবু খঙহল্লি ।
" ৪দি অপঙা ( রোহিনী ) নোংপোক " ।
" ৫দি শাচুঙ তেনহৈবা ( মৃগশিরা ) মথা " ।
" ৬দি লিক্লা শাফবা ( আর্দ্রা ) য়ান্না লাপ্পা " ।
" ৭দি চীংচরোই ( পুনর্ব্বসু ) অৱাং " ।
" ৮দি চূঙশেনুবী ( পুষ্য। ) নোংপোক " ।
" ৯দি নিংথৌনাগ ( অশ্লেষা ) মথা " ।
" ১০দি নিংথৌভুরেন ( মঘা ) লাপ্পা " ।
" ১১দি নিংথৌশাহু ( পূর্ব্বফাল্গুনী ) অৱাং " ।
" ১২দি শামুপিচা ( উঃ ফাল্গুনী ) নোংপোক " ।
" ১৩দি উফোংঙাহু ( হস্তা ) মথা " ।
" ১৪দি মোকাশক্বা ( চিত্রানক্ষত্র ) য়ান্না লাপ্পা " ।
" ১৫দি — ( স্বাতী ) অৱাং " ।
" ১৬দি শক্বা ( বিশাখা ) নোংপোক " ।
" ১৭দি ওকপুবোই ( অনুরাধা ) মথা " ।
" ১৮দি তাহুরেং ( জ্যৈষ্ঠা ) য়ান্না লাপ্পা " ।
" ১৯দি তোংচেনুবী ( মুলা ) অৱাং " ।

থরাননিচাক ২০দি থয়াই (পূর্ব্বাষাঢ়া) নোংপোক মাগৈবু খঙহল্লি।
,, ২১দি য়াত্তোন (উত্তরাষাঢ়া) মখা ,, ,, ।
,, ২২দি নিংথৌমন্ মমৌ (শ্রবনা) অরাং ,, ,, ।
,, ২৩দি হারৈমায়ে (ধনিষ্ঠা) নোংপোক ,, ,, ।
,, ২৪দি কোরৌন্ (শতভিষা) মখা ,, ,, ।
,, ২৫দি খারালিতেং [পূর্ব্বভাদ্রপদ] য়াম্না লাপ্পা ,, ,, ।
,, ২৬দি শিল্লিলৈনিং [উ: ভাদ্রপদ] অরাং ,, ,, ।
,, ২৭দি রায়া খুরো [রেবতী] নোংপোক ,, ,, ।

৪ [ক] **লৌতাবা নুমিৎ** :— ২। ৩। ৫। ৭। ১০। ১১। ১৩ নি পান্বদা লৌতাবা কৈ। তৌবত্তবু থাংজা অমসুং লৈপাকপোকপা নুমিৎ থোক্রবদি ফত্তে। অহান্বা লৌতাবদা নোংপোক নোংচুপ ওন্না খোইগনি। লোইশিন্বদা নোংপোক ওন্না লোইশিনগনি।

[খ] **লৌ লিংবা নুমিৎ** :— নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, য়মজাকৈশা, শগোলশেন, ঈরায নুমিৎ ওইবা কৈ। মসিগী লোয়ননা পঞ্জিকাদা য়াওবা অফবা নুমিংতা লৌ লিংবা কৈ। লৌ লিংবগী অহান্বা চুপ্পন্দি মিকুম তাহন্বা ফত্তে।

[গ] **লৌ থাওবা নুমিৎ** :— থাংজা, লৈপাকপোকপা, নুমিং অমসুং মরিনি, মাপন্নি, তরামরিনি পান্বা অমসুং কোন্বা নওবা অতৈ নুমিৎতা লৌ থাওবা কৈ।

[ঘ] **মরু মরাং হুনবা নুমিৎ** :— লৌ-তাবগী নুমিৎকা চপ মান্নে।

'মথক্তা পনখ্রিবা লৌ-লিংবা নুমিৎ সিদা, লফু, রা, কা, য়ুবী-নচিংগা অতৈ অতৈ হৈ রা পুন্নমক থাবা কৈ। চেংবশিনগদদি থাবগী

মতম থাচং য়েংগদবনি। লফুদি কালেন, থরান্দা থাবা ফত্তে। অতুমনদি ওইরগা থাবগী নুমিৎ নৈ হায়রদুনা ইহুম্ থাদা লফু থারুরবদি হিংবা ঙাগনি। মরমসিনা ঈশিং ফংগদবা মতম য়ুংদুনা হৈ-বা থাগদবা ওইবে; লোয়ননা নুমিংতুগী পঞ্জিকাসু য়ুংবা ফৈ।

৷। কবি নুমিৎ করম্বা পোং পীথোকপা য়াদে :—

নাংমাইজিং নুমিত্তা ফো, গেহু, মরু-মরাং পীথোকপা তৌহৈদে।
নিংথৌকাবা " ফিরোল, লং, লীমোন " তৌহৈদে।
লৈপাকপোকপা " য়োৎ, থাংনচিংবা " "।
য়ুমজংশা " লম, লৈপাকনচিংবা " "।
শগোলশেন " থাবা লীক্লাংনচিংবা " "।
ইরায " শেলথুম, সনানচিংবা লীককোল " "।
থাংজা " যন, ঈরোয় থরায় পাম্বা জীব " "।

৷। লফু, রা য়ানবা য়াদবা নুমিৎ :—

লৈপাকপোকপা, থাংজা, নুমিৎ নিনিসে নত্তবা অতৈ নুমিৎ শুগ্নমক য়ায।

৷।                    মুহারহাবগী অফ কত্তবা

৷ মুহারহাবগী মতমদুগী লগ্ন পুথোকনি।
মীন, কর্কট, মকর লগ্নদা হায়বদি — থেঙ্গুননি।

মেষ, বৃষ, বৃশ্চিক লগ্না হারবদি — শামুননি ।
সিংহ, ধনু, কন্যা ,, ,, — ওকননি
কুম্ভ, মিথুন, তুলা ,, ,, — লীন্নি ।

খ] লমদা , ইচেন, ৱাকচীং থাদা হারবদি — থেঙ্গুননি ।

শজিবু, কালেন, হিয়াঙ্গৈ ,, ,, — শামুননি ।
থৱান, লাংবন, পোইন্ ,, ,, — ওকননি ।
ইঙা, মেরা, ফৈরেন ,, ,, — লিন্নি ।

খুদম্‌দি —

থেঙ্গুনা হাববদি অনায়েক অমসুং অশি অনা কল্লি ।

শামুনা হারবদি — খুন্নাই নুঙাইয়ে, ফৈ ।
ওক্না হারবদি — ফৌ চেঙ ফৈ । ঙাহোং চাহোংই ।
লীন্না হারবদি— চাকতা-ফিতাংই ফত্তে ।

নোংমাইজিং নুমিত্তা হারবদি —

অশে, অমাই, ৱারী শিংবুন হৈবা শিযে। মৈগী লান কল্লি মহৈ মরোং ফত্তে, কুম কাংডি । মুপী, উ-রা, নাপী, মরু পান্‌ ফত্তে অচা অথক ৱাইযে ।

নিংথৌকাবা নুমিত্তা হারবদি — অথাক অবাঙ কল্লি, লৈবাক মহাও কাইয়ে, মঙ্গ মরাং ফৈ । অচাঅথক ৱাত্তে, নিংথৌ মনাইচানগী মীপোকম্বু ফৈ যে ।

লৈপাকপোকপদি :— নিংথৌ মচা মশু অমসুং লৈবাক্কী অশুবা শিগল্লি এ, অরাবা ফংএ। লৈবাক অমদগী অশুম্বা লাক্কুনা লোংদম্ লোংখাইরে এ। লানমী মকোক শি এ, লৈবাক রাই।

চুমহাকৈখাদি :— মীরৈবাক্কী অচৌ অশাংনা লাক্কুনা লোনজরে এ। অতোপ্পা লৈবাক্কা যুংশিনগনি, চাক-চেং হোংই লৈবাক নুঙায়এ।

শাগোলশেনদি :— নিংথৌনা মনাই মশন চাল্লিএ। লৈবাক্কী অশুম্বা মশেন্ নুংশিনদে, মীচশু শেমে। অকবা মী পোকই অমসুং লাকই ফৈ এ।

ঈরায়দি :— নিংথৌগা প্রজাগা য়েক্লে, মচিন মনাও য়েক্লে। অনায়েক কল্লি— চাকতি হোংই। নিংথৌগী য়াইফনবগীদমক মথল মথলগী পোং মীরমদগী লাকই ফৈএ।

থাংজদি :— শাপাউ লানবাও তাগল্লি থোকল্লি। অচৌ, অশাং, অহৈ অশিংবা রাই। অচম্বা মীদি মবুক তম্লি ফৈ এ।

থরানমিচাক ২০। ২১। ৯। ১৫। ১৬। ২৭। ৬। ১৯ দা হারবম্ ফৈ, কুম ফৈ, অয়ুক লোং চুই. লৈ শাৎতবা শাৎলি, ষণ শঙ্গেম থোকই, লৈবাক ফৈ, চাক হোংই নাপী রাক্তে, প্রজা নুংই এ।

## ৮। স্বর অমসুং যাত্রা তৌবা

য়ুমদগী মপায়্ থোক্লবদি যাত্রা তৌহনা থোক্লে। থরনা চৎলমদাইদা স্বর য়েংই অদুগা থোঙশাল্লি। থরনা তুম্বদগী

হেক হৌগংপগা স্বর য়েংহনা যাত্রা তৌনৈ ।

নোংমাইজিং, নুমিৎকী খোঙশান্দি স্বর য়েংতা তদুগা কে উদি য়েংনা

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| নিংথৌকাবা | ” | ” | ” ওইদা | ” | ” | ওইনা |
| লৈপাকপোকপা | ” | ” | ” য়েং | ” | ” | য়েং |
| যুমজকৈশা | ” | ” | ” ওই | ” | ” | ওই |
| শগোলশেন | ” | ” | ” য়েং | ” | ” | য়েং |
| ইরায | ” | ” | ” ওই | ” | ” | ওই |
| থাংজ | ” | ” | ” য়েং | ” | ” | য়েং । |

নো। মাইজিং যাত্রাগী মতমদা লল্লাই লেম্ফুদা খুদম্বিনা 'ও' ইরগা খোকনি ।

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| নিংথৌকাবা | ” | ” | লাইবক্তা | "ক" | ” | ” |
| লৈপাকপোকপা | ” | ” | নাতোন নাকচি অনিদা | "চ" | ” | ” |
| যমজাকৈশা | “ | ” | চিনবান মথক্তা | "ল" | ” | ” |
| শগোলশেন | ” | ” | খদাংদা | "প" | ” | ” |
| ইরায | ” | ” | থবাক্তা | "স" | ” | ” |
| থাংজদি | ” | ” | খোইদোদা | "ও" | | ” । |

---

হায়রিবা মুমিৎশিদা মতৌ অসুম্না কায়দনা যাত্রা তৌবদি অশোয অডাম লৈবা হৌনদে । ওন্নতৈনবা থোক্রবদি মুনিং অচু চেকশিনগনি ।

ওইদা স্বর লৈবদা— ফী অহনবা হোংবা, রাংযেলগা, অবাঙ্গদা লান-থেংনবদবা, হোম তৌবা, হিদাক লাংথক শেম্বা, মহৈওঙ্গা হৌবা, লেদনা থবক তৌবা হৌবা, চান্নবা লাইরা তিনরা শানবা ফৈ ।

য়েংতো হায়লরগনা লাম চংঙকপনা ওমই।

চ) লানদা অমসুং খৎনে চৈনবদা ম্বর লৈতবা মাগৈদা য়েক্সপা থমদুনা চঙলমগি শোয়দনা মায় পাকনি।

# ৯। য়ুম শাবগী পথাপ

য়ুম শাবা মীতৈ চৎনবীদা য়াম্না নুংশা থৈ। মরমদি— য়ুমদুদা লৈরগা নুংঙাই য়াইফবা অশি অদা য়াঙদবা, খৎনে চৈনদবা, ঊজনা তঙ্গা পাম্বা মশি মী খুদিংমক্না পাম্মী। মরমশিনা শাবগী মতম নীংথিনা যেংবা চুম্মী।

য়েংশনবা পথাপ থম্না:—

অঙাংমথদা মীহুগী চহী য়েংগনি, চপা য়েংগনি, কাম, গৃহাধিপতি য়েংগনি,। চাৰ্ট য়েংশিন:—

গৃহাধিপতি অমসুং মপোক হুমিং—

| চহী | মোং-মাই | শিং-থৌ | কৈ-পাক | য়ুম-শা | শা-গোল | ঈরাই | থাংজা | কাম হুপা | কাম হুপী |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | কৈ | হাপ |
| ২ | ২ | ৭ | ৮ | ১ | ৩ | ৪ | ৫ | কককয়েম | শামু |
| ৩ | ৭ | ৫ | ৬ | ২ | ৮ | ১ | ৩ | তোকপা | তোকপা |
| ৪ | ৫ | ৩ | ৪ | ৭ | ৬ | ২ | ৮ | শামু | কককয়েম |
| ৫ | ৩ | ৮ | ৪ | ৭ | ৬ | ২ | ৮ | হাপ | কৈ |
| ৬ | ৮ | ৬ | ২ | ৩ | ১ | ৫ | ৭ | শিন | মোংশা |
| ৭ | ৬ | ৪ | ৭ | ৮ | ২ | ৩ | ১ | ঊচি | ঊচি |
| ৮ | ৪ | ১ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ২ | মোংশা | শিন |

| চহী | নোং॰ মাই | নিং॰ থৌ | লৈ॰ পাক্লা | য়ুম॰ শা | শা॰ গোল | ঈরাই | থাংজা | কম মুপা | কম মুপী |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৩১ | ৫ | ৩ | ৪ | ৭ | ৬ | ২ | ৮ | উচি | উচি |
| ৩২ | ৩ | ৮ | ১ | ৫ | ৪ | ৭ | ৬ | মোংশা | লিন |
| ৩৩ | ৮ | ৬ | ২ | ৩ | ১ | ৫ | ৪ | কৈ | যণ |
| ৩৪ | ৬ | ৪ | ৭ | ৮ | ২ | ৩ | ১ | ককয়েন | শাম্ |
| ৩৫ | ৪ | ১ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ২ | তোকপা | তোকপা |
| ৩৬ | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | শাম্ | ককয়েন |
| ৩৭ | ২ | ৭ | ৮ | ১ | ৩ | ৪ | ৫ | যণ | কৈ |
| ৩৮ | ৭ | ৫ | ৬ | ২ | ৮ | ১ | ৩ | লিন | মোংশা |
| ৩৯ | ৯ | ৯ | ৯ | ৯ | ৯ | ৯ | ৯ | উচি | উচি |
| ৪০ | ৫ | ৩ | ৪ | ৭ | ৬ | ২ | ৮ | মোংশা | লিন |
| ৪১ | ৩ | ৮ | ১ | ৫ | ৪ | ৭ | ৬ | কৈ | যণ |
| ৪২ | ৮ | ৬ | ২ | ৩ | ১ | ৫ | ৪ | ককয়েন | শাম্ |
| ৪৩ | ৬ | ৪ | ৭ | ৮ | ২ | ৩ | ১ | তোকপা | তোকপা |
| ৪৪ | ৪ | ১ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ২ | শাম্ | ককয়েন |
| ৪৫ | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | যণ | কৈ |
| ৪৬ | ২ | ৭ | ৮ | ১ | ৩ | ৪ | ৫ | লিন | মোংশা |
| ৪৭ | ৭ | ৫ | ৬ | ২ | ৮ | ১ | ৩ | উচি | উচি |
| ৪৮ | ৫ | ৩ | ৪ | ৭ | ৬ | ২ | ৮ | মোংশা | লিন |
| ৪৯ | ৯ | ৯ | ৯ | ৯ | ৯ | ৯ | ৯ | কৈ | যণ |
| ৫০ | ৩ | ৮ | ১ | ৫ | ৪ | ৭ | ৬ | ককয়েন | শাম্ |
| ৫১ | ৮ | ৬ | ২ | ৩ | ১ | ৫ | ৪ | তোকপা | তোকপা |
| ৫২ | ৬ | ৪ | ৭ | ৮ | ২ | ৩ | ১ | শাম্ | ককয়েন |

চহীগী মতুং ইন্না চুপীগীশু ফম ওল্লি।

মুপীগী চহী মশীংগী মতুং ইন্না ফম ওনবা অমস্তুং মাগৈ চংপা
াদবা থওহনবা : –

| ম | কালমৃত্যু | মৃত্যু | য়েক্লবা | চহী মশীং — |
|---|---|---|---|---|
| গ | কৌক্র | খা | সাংস্থাং | ১।৯।১৭।২৫।৩৩।৪১।৪৯ ৫৭।৬৫।৭৩।৮১। |
| ামু | নোংপোক | সম্বোং | নোংচুপ | ২।১০।১৮।২৬।৩৪।৪২।৫০ ৫৮।৬৬।৭৪।৮২। |
| াকপা | মৈরম | নোংচুপ | কৌক্র | ৩।১১।১৯।২৭।৩৫।৪৩।৫১ ৫৯ ৬৭।৭৫।৮৩। |
| ক্যায়েন | সাংস্থাং | কৌক্র | অল্লাং | ৪।১২।২০।২৮।৩৬।৪৪।৫২ ৬০।৬৮।৭৬।৮৪। |
| ক | চিংথৈ | অল্লাং | চিংথৈ | ৫।১৩।২১।২৯।৩৭।৪৫।৫৩ ৬১।৬৯।৭৭।৮৫। |
| নাংশা | নোংচুপ | চিংথৈ | নোংপোক | ৬।১৪।২২।৩০।৩৮।৪৬।৫৪ ৬২।৭০।৭৮।৮৬। |
| চি | অল্লাং | নোংপোক | মৈরম | ৭।১৫।২৩।৩১।৩৯।৪৭।৫৫ ৬৩।৭১।৭৯।৮৭। |
| লন | খা | মৈরম | খা | ৮।১৬।২৪।৩২।৪০।৪৮।৫৬ ৬৪।৭২।৮০ ৮৮। |

খুদম: – কনাগুম্বী চুপী অমগী চহী ৮ শুরবদি ফম্না লিন, কাল
ত্যু মখা, মৃত্যু মৈরম, য়েক্লবা খা অমুম্না থওনগনি।

# 'গ' গী শরুক

★রাশি তরানীথোইগী মিং

| মশীং | মীতৈলোন | সংস্কৃত | ইংরেজী |
|---|---|---|---|
| ০। | য়াও | মেষ | Aries |
| ১। | কাওয়েন | বৃষ | Taurus |
| ২। | শানৌ লৈশুন | মিথুন | Gemini |
| ৩। | রাইথু | কর্কট | Cancer |
| ৪। | শারেন নোংশা | সিংহ | Leo |
| ৫। | নুরা | কন্যা | Virgo |
| ৬। | থন | তুলা | Libra |
| ৭। | মীচীকপী | বৃশ্চিক | Scorpio |
| ৮। | লীকুংতেন | ধনু | Sagittarius |
| ৯। | ঙা কিয়োম | মকর | Capricorn |
| ১০। | ঈশাইক্ | কুম্ভ | Aquarius |
| ১১। | লেমলৈ | মীন | Pisces |

★গ্রহ মাপলগী মিং ( Planets )

| মশীং | মীতৈলোন | সংস্কৃত | ইংরেজী |
|---|---|---|---|
| ১। | নোংমাইজিং | রবি | Sun |
| ২। | নিংথৌকাবা (থাজা) | চন্দ্র | Moon |
| ৩। | লৈপাকপোকপা | মঙ্গল | Mars |
| ৪। | য়ুমশকৈশা | বুধ | Mercury |
| ৫। | শগোলশেন | বৃহস্পতি | Jupiter |
| ৬। | ঈরায় | শুক্র | Venus |
| ৭। | থাংজা | শনি | Saturn |

| | | |
|---|---|---|
| রাহু | রাহু | Dragon's head (ascending ncde) |
| কেতু | কেতু | Dragon's Tail |

মসি নত্তবা অতৈ ও থকশু ফংনৈ। মহুদি—(১) ইন্দ্র ( heri-hel ) (২) বরুণ ( Neptune or God of the water ) ) রুদ্র ( Pluto )

জ্যোতীষকী মত মতুং ইন্না গ্রহ ৯ সিগী মনুংদা মীওইবগী -ফত্তবা পুন্সি ফিভম খঙহল্লি। গ্রহশিংসিগা লৈনবা মরী ইন্না ফলস্ু পী। করিগুম্বা ফত্তবা গ্রহনা চাবা মতমবু বা মতমনি হায়না অয়াম্বনা ফল পী। তৌবতবু গ্রহচুনা গী উচ্চদা লৈত্রা হায়বহ্ মুন্না য়েংগনি। করিগুম্বদা উচ্চদা লৈবা বদি ফত্তবা গ্রহ ওইজরবস্ু করিস্ু তৌবা ওমদে।

খুদম— মী অমা শনিগী অস্তমদা শনিনা চারি। মসিগী দি ফত্রি। অদুবু মীদুগী শনিসি উচ্চ রাশিদা লৈরবদি হেন্ন- অফবা ওইগনি, মরমদি শনিসি মীদুগী উচ্চ রাশিদা লৈবনা।

গ্রহগী লৈফম খঙহনবা—



| | | |
|---|---|---|
| ৪/৭ ৬/১ | ৫ | ১/২ ৩ ৪/৬ |
| ৪/১ | মিত্র রাশি | ৪/৬ |
| ২/৩/৫ ৬/১ | ৪/৭ | ১/২/৩ ১/২/৫ |

| | | |
|---|---|---|
| ৬ ৪ | ৩ | ৫ ৭ |
| ২ | স্বক্ষেত্র | ৭ |
| ১ ৪ | ৬ | ৫ ৩ |

| | | |
|---|---|---|
| ১ ২ | ৪ | ৪/৬ ১/ ২/৩ |
| ৩ | য়েক্লবা | ১/১ |
| ৬/৭ ২ | ১/২ | ৪/৬ ৪ |

×
৭
৪
৯
৩
নীচ গ্রহ
৫
×
৬
১
২
৮

ংখিগদবা :— মাগী মাগী রাশি চক্র য়েংঙগা গ্রহশিংগী অক-
হেন্না থক্তনা ত্তমগনি।

মহূদি— নীচগী মেষ রাশিদা ১ ( রবি ) লৈরবদি রবি উচ্চনি। (বৃহস্পতি) লৈরবদি মিত্রনি। ৩ ( মঙ্গল ) লৈরবদি স্বক্ষেত্রদা দা থম্বগনি। ৪ ( বুধ ) লৈরবদি য়েক্লবা অমসুং ৭ ( শনি ) লৈরবদি নীচগ্রহনি। অস্মুদা বিচার তৌগদবনি। উচ্চ, মিত্র, ক্ষেত্রদি অফবা ফলনি। নীচ, য়েক্লবদি ফল পাঙদবনি।

# কেন্দ্র খণ্ডহনবা

রাশি চক্রদা লং য়াওবা মফমদ্ লগ্ন ( হকচাং ) নি খণ্ডগনি। লংগা কোন্নবা গ্রহ অতৈ লৈবা য়াম্না ফৈ। অদ্ তা নত্তনা লগ্ন-দগী মশীং থীরকপদা ( ওইরোমদগী ) ৪শুবা, ৭শুবা, ১০শুববু কেন্দ্র কৌই। মসিদা লৈবা গ্রহ শিংদ্ মীদ্ গী অফবা ফল পীগনি।

| লগ্নগী | মফমসি হকচাং | | খণ্ডহল্লি। |
|---|---|---|---|
| " ২শুবা | " | লন, থুম, | " |
| " ৩ " | " | ইচিন ইনাও | " |
| " ৪ " | " | মরূপ অমসুং ইমাবু | " |
| " ৫ " | " | ইচা অমসুং বিদ্যাবু | " |
| " ৬ " | " | য়েংথিনবা | " |
| " ৭ " | " | লোয়নবী মুপী নত্রগা মুপা | " |
| " ৮ " | " | আয়ু অমসুং শিবা | " |
| " ৯ " | " | লাইবক ফবা ফত্তবা | " |
| " ১০ " | " | থবক অমসুং ইপাবু | " |
| " ১১ " | " | ফংগদবা শেল-থুম | " |
| " ১২ " | " | চৎকদবা " | " |

---

★ তুঙ্গ অমসুং উচ্চদা ( Star ), লৈবদা

---

রবি :— পোকপদা মেষ রাশিদা লৈরবদি নিংথৌগুম্ মুঙায়গনি, ধর্ম শাস্ত্র খণ্ডগনি ঈও-তপ্পা নাদা য়েক্কনা প্ন্সি লেনগনি।

চন্দ্র :— বৃষ রাশিদা লৈরবদি লাইরিক-লাইশু হৈগনি, মঙ্গল য়াম্মে, অফবা চিনজাক চাগনি, মশক মতৌ ফজগনি, মমিং চৎকনি, শেল-থুম রাংলোয়, অণ্ডক অণ্ডকপা থবক তৌগনি।

ঙ্গল :— মকর রাশিদা লৈরবদি মিংচৎ লৈবা থবক তৌগনি, বিদ্যা হৈগনি , তৌবতব্ নহাগী শাক্তং চৎকনি, মথোণ্ড মরি পানবগী মপ্ ওইগনি। সনা লুপাগীসু মপু ওইগনি। মীদি উশিংলোই

ধ :— কন্যাদা লৈরবদি ইজং লৈবা, দেশকী মীথোয় মীহেন ওইবা, শাস্ত্র অমসুং ঈশৈ নোংমাইদা মমিং চৎকনি, মচা মশু মরাইবক ফবা ওইগল্লি।

হ :— কর্কটতা লৈরবদি লনগী মপ্ ওইগনি, শাওগল্লি অমসুং অহনগী মওংনি, লৈপাক্কী রায়েল পায়গনি, সন্মান ফংগনি, শগোল শামুগী মপু অমসুং গাড়ীগী মপু ওইগনি।

ক্র :— মীনদা লৈরবদি মথল মথেলগী চাবা হৈনগনি, লমদংগী রায়েল চুপ্পী পায়গনি, কুইনা পুক্সিগনি মী কিরোই। দান তৌগল্লি, ফত্তবা পুম্নমক মথুংনা পায়শিনগনি।

নি :— তুলা রাশিদা লৈরবদি শেন পায়গনি, পুক্সিগনি, মাইচৌ নিংথৌগুমগনি, মীনা লাকচবা য়ারোই।

হু অমসুং কেতু :— বৃষ, কর্কট, সিংহ অমসুং কন্যা রাশিদা লৈরবদি নিংথৌগী নিংথৌ ওইগনি। লন-থুম, শামু-শগোল, হি অমসুং গাড়ীগী মপু ওইগনি য়েক্লবা লৈতনা পানগনি।

| | | |
|---|---|---|
| রাশি | — | স্বভাব |
| মেষ | — | বহুমিত্রযুক্ত |
| বৃষ | — | অহঙ্কারী |
| মিথুন | — | নানাপ্রকার মত বিশিষ্ট |
| কর্কট | — | ক্রূর প্রকৃতি |
| সিংহ | — | ধারণশীল |
| কন্যা | — | মায়াবী |
| তুলা | — | সত্যবাদী |
| বৃশ্চিক | — | মালিন্যযুক্ত |
| ধনু | — | পাপাশয় |
| মকর | — | মুখর |
| কুম্ভ | — | চতুর |
| মীন | — | ধীরবুদ্ধি |

★ গ্রহশিংগী মফমগী মতুং ইন্না অফ-ফত্তবগী থুদম
( কুঠি য়েংবগী মরু ওইবা মফম তাকপা :— )

লগ্ন লৈবা মফমসি মুখ্য য়েংগদবনি। লগ্নসিনা জ্যোতিষকী পথাপ্তা হকচাংগী ফিভম্ তাকই। অদুগা লগ্নগা লোয়নবা করি-গুম্বা গ্রহ লৈরবদি মদুবু কেন্দ্র কৌই। পাপ গ্রহ লৈবদগী শুভ গ্রহ লৈবনা অমুক হেন্না ফবা হেল্লি। করিগুম্বা লগ্নগা কোয়না রবি— লৈরবদি মিংকী অনাবা, পিক্লিঙৈদা মশা ফত্তবা, অত্তাং য়ামদবা নত্রগা লুহোংদবা, শেল-থুম মরাং কায়দবা থত্তহল্লি। চন্দ্র— লৈরবদি মশক ফজে, লমচৎ ফজবত নত্তনা হকচাং ফবা,

অফাওবা অমসুং লন-থুম লৈবা থওহল্লি। মঙ্গল— মশক ফজদে, কুচুদি মুই, লৈতাদবা ৱাখল, অমসুং শেগায়বা ফিরোন শেংকল্লি। নোংশংগুম্বা অনাবা, উনশাগী ফত্তবা লায়না অমসুং ফত্তবা থবক্তা থৱায় য়াওই। বুধ— মশক মতৌতা নত্তুনা ফিভমস্থ ফজে। অচুম্বা ৱা ঙাংই, অথুম্বা চাবা পাম্মী। হৱাওনা লৈবা পাম্মী, মরূপকী ফনবা থল্লি, মবুদ্ধি ফৈ, নিংবা চেৎলি, কংথোকপা ওমই। বৃহস্পতি— মুঙাইজে, ঈশৈ শকপা-শোম্বদা থৱায় য়াওজে, লাইরিক্লা চিংবা তৌরুতোকবা শিনদা মায় পাকই অমসুং অফাওবা অইবা ওইগল্লি। শুক্র— অফাওবা মহৈ হৈবা পণ্ডিত ওই। মগুন ৱাত্তে, ইনাক খুল্লি, ৱা য়াম্না ঙাংবা পাম্মী অমসুং মুপী মনাক্তা লৈবা পাম্মী। শনি— অরুমগুম্বা মখল-মথেনগী অনাবা ওই। লাইনিংবা পাম্মী, তৌবতৱ হকচাংগী খোঙ-খুৎ ৱাৎপা নত্ত্রগা নামা ৱাৎপা ওইগল্লি অমসুং বাতকুম্বা অনাবস্থ তৌগল্লি।

★ [ লগ্ন, লগ্নদগী ওইৱোমদগী থিৱক্লগা ৪শুবা, ৭শুবা অমসুং ১০শুবা মফমবু কেন্দ্র কৌই। মসিগী মফমসিদা করিগুম্বা শুভ গ্রহনা মফম চানা লৈরবদি য়াম্না ফবা খুদম পী।]

ৱাহু— লৈরবদি মওং মওংগী অনাবা ওই। মিৎ ফত্তে, মিৎ ঙাংগনি, ফত্তবা থবক তৌগনি, তনগনি অমসুং ৱারেম ঙাংদনা মতম মাঙহনবা হৈনগনি। কেতু— মওং মওংগী অকিবা অনাবা থুংগল্লি নত্ত্রগা নাগল্লি, মুংশিংকী অনাবা, থবাক চিনবা, টি, বি, গুম্বা অনাবা ওইগল্লি। মতম পুম্বদা ৱাখল থম্দুনা অমসুং মরিন পাম্মবা ওইগল্লি।

লগ্নদগী ওইরোমদগী থীরক্লুনা ২ শুবা মফমসি মীদুগী লন-থুম মুঙায়-য়াইফবগী য়ুম্ফমনি। মফমসিদা রবি— লৈরবদি করিগুম্বা পোৎ অমসুং মচু ঙাংজুনবা পোৎতগী মুঙাইগনি। তৌবতবু মিংকী অনাবনা, মুপী অঙাংনচিংবা অরাবা ওইহল্লি। চন্দ্র— লৈরবদি মরন লৈ, মশাক মতৌ ফজৈ। মমল চঙবা পোৎ শিজিন্নৈ অমসুং অফবা থবক তৌগনি তৌবতবু খরদি লাংতক্লগনি।

[ পাপগ্রহ ( রবি, মঙ্গল, শনি, রাহু, কেতু ) লৈরবসু করিগুম্বা মফমসিনা মাগী মাগী লৈফম নত্রগা উচ্চদা লৈরবদি মতুম্ অফবা খুদম পীগনি। শুভগ্রহ ( চন্দ্র, বুধ, বৃহস্পতি, শুক্র ) না পাপ গ্রহদগী হেন্না অফবা খুদম পী। ]

মঙ্গল— লৈরবদি মীরমদম চৎতুনা ললোন ইতিক পক্লে। লৌউ-শিংউবশু পক্লে। মীমাংদা ঙাংবা হৈ, নহা ওইজনিংই অমসুং ওইজবা পাম্মী। বুধ— অচৌবা অমসুং অফবা থবক তৌদুনা মপাম্দা লৈ। অমবা রাখল খল্লি, অচুম্বা রা ঙাংবা পাম্মী, অহল-লমনবু মশক থঙই অমসুং লাইবক ফবা ওই। বৃহস্পতি-মনম মুংশিবা পোৎ শিজিন্নৈ, মীনা ঈকায় খুম্নে অমসুং মুংঙাই অমুবু অহলগী মতমদা শেল-থুম রাগনি। শুক্র— মহৈনা হং তাল্লি, মুপীদগীসু লন ফংই, নহা রাখলনি, রাম্নেম ঙাংবা হৈ। শনি— রাগল্লি অমসুং অকন্বা থবক শুগল্লি। শক্তিক, শঙ্গোম উ-রা, য়োৎ, মিসিনা চিংবা ললোন্বা পক্লে। রাহু— অন্নাব ওইগল্লি। অমোংপা নমথিবা পোৎ অমসুং শা-ঙা ললোন

পক্লে। কেতু— মরি মতাগা য়েক্লি, মচিনগী অনাবা লৈ, মরল মাঙই, অদুগা করিগুম্বা মতমদসু হুঙায়।

৩শুবা য়ুম্ফমবু মচিন-মনাওগী মফমনি মফমসিদা রবি— লৈরবদি হুংশিনবা মরূপ-মপাংগীদি অফবা থবক ভৌই; অদুগা মচিন মনাওগীদি মাঙহল্লি। মগুণ লৈগনি মরল লৈগনি অমম্মুং হুপীনা নুংশিগনি। চন্দ্র— শাস্ত্র খঙই, মচে মচন য়াম্মী অমম্মুং নুঙাইগনি। মঙ্গল— মচিন মনাউ মুৎকনি, নারগদি শাংদগল্লি। করিগুম্বদা লৈফমসিনা শেংলবদি কুইনা শুল্লি অমম্মুং লৌট্রি-শিংউ-হুনা হুঙায় জ। বুধ— খুকন পাঙ্গনগনি। করিগুম্বদসু নুপী অঙাং য়াম্মী, মচিন-মনাও য়াম্মী। পিল্লিভৈদা চবেং চাবেং নারবসু চাওরক্লগা ফৈ। বৃহস্পতি— মরি মতা মচিন মনাও য়াম্মী, শেনদি পায়গনি ভৌবক্তবু থরদি লিকই।

শুক্র— মশক মত্তো কক্লবী মচে-মচন লৈ অমসুং মচিন-মনাও-য়াম্মী। মপাঙ্গল কল্লবসু য়াক্লে অমসুং মিৎকী অনাবা লৈগল্লী। শনি— মচিন-মনাওদি নুংশিনদবা নত্রগা শিখিবা, ভিন্নদবগী মওংনি। নুপী অঙাংশিংগদি নিংথৌগুম নুঙাইনা পাল্লি। রাহু— মচিন মনাও শিএ। করিগুম্বদা মাগী লৈফমশিনা পক্লবা ওইরবদি শেন-থুম মরাং কায়না পানগনি। কেতু— য়াথঙগী লনানা ময়াং কংই। মচিন-মনাওত্তো নত্তনা য়েংথিনবসু লৈতে।

৪শুবা য়ুম্ফমদি মরূপ-মপাংগী মফমনি। মফমসিদা রবি— লৈরবদি মরূপ লৈতে, খৎনবদা ঙমই, তম্লী, ঈশৈ পামই। ইমুং মনুং নুঙাইনা লেল্লি, শেন পায়। চন্দ্র— অচৌবা য়ুমগী মপু

ওই, অফবা মরূপ-মপাং ফংই, শা-ঙা চাবা পাম্মী অমসুং মশক ফজবী নুপীগা লৈমীম্নে। মঙ্গল— মুই, মশক ফজদে অমসুং মরূপ লৈগন্দে। লৌউ-শিংউবা ফৈ অমসুং ময়াং কংই। বুধ— মরূপ-মপাং য়ামই, লন-থুম মরাং কায়না নুঙাইনা পুন্সি লেল্লি। বৃহস্পতি— মফম পুম্নদা অফবা নুংশিবা মরূপ লৈগনি মশক ফজবী কয়াগীসু মিতাফম ওই। শুক্র— মরূপ-মপাং ফৈ য়ামই, অফাওবা অইবা ওই অমসুং হেন্দোক থোয়দোকই। শনি— মরূপ লৈতে, লৈফম রায় অমসুং অত্তেকপা য়ুমদা লৈগল্লি। রাহু— মরূপকী য়ুমদা লৈগনি, অমোংপা ফি শেংকল্লি। লৈ মনম নুংশিবা চিনবা হৈনৈ, লাইরৈ অমসং মচানিপা লিকই। কেতু— মরূপ রাংলি, ইমুং-মনুংগা নুঙাইনদে। মফম অমদা কুইনা লৈগদ্রে, রাখল লেপ্নে।

৫ শুবা মফমদি মচাশিংগীনি। রবি— লৈরবদি অঙাং ওই-রিভৈদা নুঙায, পাখং-লৈশা ওইরকপদা অনাবা ওই। মচানুপা অহানবা গর্ভদা শি। লৈরগসু মচানুপা অমদগী হেন্দে। ইকায়গন্দে, ময়ুমদতা চাওজবা হৈ। চন্দ্র— মচানুপা য়াম্মী, লাইবক ফৈ, নুঙায় অমসুং মশক ফজবী নুপীগী নিপা ওই। মচানুপীদি তাংই। পোক্লগনা পুক্লিং ছবী নুপী মচাগী মপা-মমা ওইজে। মঙ্গল— মচা তাওই, পোক্লবদি অমদগী হেন্দে। বুধ— মচা অমা মাঙজগনি। নুংদি নুঙায়, পুকচেল শেংই অমসুং কবি ওইগল্লি। বৃহস্পতি মশক ফজে, নুপী য়াম্নো নত্তনা মচাসু য়াম্মী। মীনা মশক থঙই, নুংশিবী অমসুং

নাইবক ফবা ওই। শুক্র — মচা য়ামই, নুপীনা হেল্লি। মীনা ঈকায় খুম্নে। পিঙ্জ-পিথক পামুদে, দান তৌই। শনি— মচা লৈতে, লৈরবদি অনাবা নত্রগা ফত্তবা মচা ওইগনি, মচুম্ন অমদগী হেন্দে। রাহু— মচা অমদগী হেন্দে নত্রগা অমত্তা ফাওবা লৈ-রোয়। কেতু মশাগী তৌজরুবনা ( মরাম্না ) অনাবা ওই নত্রগা মচিন-মনাউ অচৌবা অনাবনা নায়, মচাশু লৈতে।

৬শুনা মফমদি যেক্লগী মফমনি। মফমসিদা রবি—লৈ-রবদি মতিক ময়ায় কায়, মযাদি থরা কংই। য়েক্লবা লৈরবদু য়েক্লববু •মথদুনা পুনি। হোলোয়না পাল্লি। চন্দ্র— লৈরবদি অনাবা অমম্বুং মথলমথেলগী অন্নাবা ওই, করিগুম্বদা দশাগী মতুং ইম্না মুত্তায়বম্ন লৈ। মঙ্গল হকচাং চাও শাংই অমমুং নিংথৌগুম মচা-মশু য়াম্না মুত্তায়না পাম্মী, থরদি শাংগল্লি। বুধ— যেক্লবা য়াম্মী অমম্বুং য়েক্লবব্ থুম চনবা শুম্মী। বৃহস্পতি লৈরবদি য়েক্লবা য়াম্মী। য়েক্লবগী মথুৎতগী অনা-অয়েক লোকই, মুত্তদি মুত্তায়গল্লি। শুক্র— য়েক্লবদগী অকিবা লৈংই অমম্বুং নাগল্লি নত্রগা মহুম পুম্বদা থংনবদা ওই। শনি— য়েক্লবনা কিগনি অমমুং মুত্তায়না পানগনি। রাহু— অথোয়বা মুপী শিএ য়েক্লবা লৈতনা মুত্তায়না পুল্লি লেল্লি। কেতু— ইমাগী মরীগী মীশিংগা য়েংথিনবদগী ইজ্জৎ ফংদে। অনা-অয়েক য়াওদে মুত্তায়গল্লি।

৭শুবদি মুপী নত্রগা মুপাগী মফমনি। রবি— লৈরবদি অনাবা মী, লাঃচৎনবা, পিঙ্গলা থুংবা মমিৎ নত্রগা শাংজুনবা মিৎ

মশাম ঙাংজুনবা, ময়ায় ওইনা চাওবা তাকই অমসুং অপেনবদি ওইরোয়। চন্দ্র— লৈরবদি মশক মতৌ চংখোলবী মুপী অমসুং নুপাবু খঙহল্লি। লোয়নবা, লোয়নবি ওইগনি। মঙ্গল— লোয়নবী, মপুরোইবা কুইনা পুক্সিদে। মশক-মতৌ থোইনা হেন্দোকপা ওইরোয়। বুধ— মশক মতৌ থোয়দোক্লা ফজবা অমসুং ফজবী মীগী মিৎয়েংফমবু ফংজৈ।

[ ৭শুবদি নুপীনা য়েংঙগা নিপা ( মপুরোইবা ) গী মফম খঙহল্লি। নুপানা যেংঙগা নুপী ( লোয়নবী ) গী মফম তাকই। মখোয়গী অফ-ফত্তবা য়েংবগী য়ুম্ফম শায়বনি। নুপী নুপা লুহোংবদা মসিগী য়ুম্ফমসি চোকশিন্না যেংগদবা ওই। মসিদা মঙ্গল লৈরবদি মসিবু লুখ্রা পাখ্রা থোকইসু খঙহল্লি। মপাদা লৈরে মুপী চোকশিনগনি। নুপীদা লৈরে নুপা চোকশিনগদবা ওই। ]

বৃহস্পতি— লৈরবদি অতপ্পা, নুংশি রাইে ঙাংবা, নুপী নুপ খঙহল্লি অমসুং পুন্সি। ইনাক-কৈরক্ক থুমবগী থুদমনি শুক্র— হকচাং ফগনি, মশা থবা চাওগনি, মচ'নুপা য়'ম্না লৈবু নুঙায়গনি। শনি— নাম রাংপা নুপা নুপীগী মপু ওইগনি নুপী কুইনা পুক্সিদে, মপবোইবসু কুইনা পুক্সিদে। রাহু— লৈরবদি য়াম্না হন্থবা নুপী নুপাবু পামগল্লি অমসুং কুইনা পুক্সিগন্দে, নুপীসু নুপাসু কয়া অফবা ওইগন্দে। কেতু— লৈরবদি ঈশিংদগী অকিবা নংগল্লি অমসুং মতম পুম্বদা অথ লাইহৌ অমসুং পুক্সিং রাগল্লি।

৮শুবদি প্‌ন্সি অমস্থুং অশি-অচঙগী য়ুম্ফম্‌ খঙহন্লি। য়ুম্ফম-সিদা রবি— লৈরবদি অরুম-খুলায়না নাগল্লি। লিনগুম্বা মহ-পাম্বা জীবনা য়েংথি অমসুং বক্সনা শোকপা নত্রগা ইলেকট্রিকনা শোকই। চন্দ্র— লেম্ফ্‌, ওকশম, ঈশিং মরী নত্রগা হকচাংগী ওইথংবদা শোকই নত্রগা লোক্কী অকম্বা লৈনানা কুইনা পুন্সিদে। মঙ্গল— লৈরবদি মশাগী থুলায়না, মৈনা, লোক অমসুং ঈগী নত্রগা শৌজগী অনাবনা য়েংথি। নুপী নুপাস্‌ কুইনা পুন্সিদে। বুধ— লৈয়েং, নুংশিং, উনশাদা, নুংশাস্বরদা অনাবা ওই। বৃহস্পতি— লৈরবদি অফবা মফমদা নুঙায়না শিগনি। অনাবদি থগোম্বী, ওকশম মরী, থুং শোক্কা নাগনি। তৌবতবু জ্ঞান তানা তানা শিগনি। শুক্র— লৈরবদি অফবা থবক তৌই, মীয়াম্বা শোনগনি। অনাবদি মাতোন মনুংদা, তোংদা, পুক্কা লৈগনি অফবা মফমদা নুঙায়না শিগনি। শনি— মমিৎ ফত্তবা নত্রগা পুক্কী মফম অমদা, লরাইদা, ঈশিং মরিদা নত্রগা ফত্তবা লায়নানা নাগল্লি অমসুং মতম চাদনা শিগনি। রাহু— মহিক্কী ফত্তবা লৌনগম্বা অনাবা, পুক্কী হকচাংগী মথক থংবদা নাম্বনা রানা শিগল্লি। কেতু— হিংচা য়াইতম্বা অনাবা, পুকথিনবা, অকিবা লৌনগম্বা অনাবা, লাইচৎগুম্বা, শৌজদা নাবাগুম্বনা শিগল্লি। তৌবতবু হকচাংগী মথাঙ্গা ওইনা নায়।

৯শুদি লাইবক অমসুং তৌজমল ধর্মবু খঙহল্লি। মসিদা রবি— লৈরবদি ইনাক খুল্লি, কুইনা পুন্সি, দান ধর্মদি রাংলি। চন্দ্র— দি ধর্ম চেংি, অফবা থবক তৌই, মীবু স্থংশি, লাইবক ফৈ। মঙ্গল— দি ললোম্বা হৈনগনি, হৈ-শিংই, হকচাংদি শেংদে।

বুধ— লৈরবদি মীমুংশি অমমুং ধর্ম্ম চেল্লি, লাইবক ফবা ওই, মচা-মশু য়ৌনা অফবা পী।

বৃহস্পতি— লৈরবদি ধর্ম্ম তৌই, শাগৈ মাতৈ চাওখৎল্লি, গুণ চেল্লি অমমুং টনাক থুল্লি।

শুক্র— লৈরবদি লনাইনা তানজবা লন্ লেপশিল্লি। ধর্ম তৌই অমমুং লাই-গুরু মশক খণ্ডনা টকায় থুমজে।

শনি— দি শাওগল্লি, অমা-অয়েক্কা য়েংথি, ইমুং-মমুংনা পেন্দে।

রাহু— লৈরবদি য়েংথিবদগী অকিবা ফংই অমমুং পাপকী ওইবা ফত্তবা থবক্কা হৈনৈ।

কেতু— লৈরবদি অনা-য়েকতি কল্লি, লাইদা ভক্তি লৈ।

১০ শুবমু মীতুগী থবক থৌরম অমমুং মপাগী য়ুম্ফমনি। মসিদা

রবি— লৈরবদি মিৎকী অনাবা লৈ অমমুং অহল ওইরগা হেম্না থুদোং চাদে। মমা মপাগী মঙ্গল ফংজে অমমুং অচৌবনা চাল্লি।

চন্দ্র— দি শেন রাৎতে, শুক্লিং তপই অমমুং রাখল লৈ; তৌনতবা মচিনগী অনাবা লৈ অমমুং মশা চেংই।

মঙ্গল— দি মরিল ফৈ, চুপী পাম্বী, লৌ-ইংখোল পক্লে অমমু খুৎশু-খুৎলাই হৈ-শিংই, শাওগল্লি।

বুধ— মরূপ-মপাং য়ামই, মশাগী হুমাং মনলনা নুংচায় অমমু গাড়ী, জাগাজ শুম্বগী মপু ওইজে।

বৃহস্পতি— ধর্ম্ম লৈ, চনি-মুক্তানা চিংবা ( সনা চুপা ) শিজিন্নগ সুণ্ডায় অমসুং য়েংথিবনা করিস্ তৌজবা ঙমদে।

শুক্র— লৈরবদি নুপীগী মরলনা য়াইফগনি। মিৎ ফত্তে, নুং নুণ্ডায়গনি।

শনি— দি শাওগল্লি, নিংথৌগুম্নি, য়ুমদা লৈবা হৈনগনি অমসুং মীওোন্দগী শেন লৌগল্লি।

রাহু — লৈরবদি মীগীদা চাবা হৈনগল্লি, তনগল্লি, অমসুং ইরা-থোকপনা চিংবা তল্লি অমসুং রা য়াম্না ঙাংবী মুপীগী মপুরোইবা ওইগনি, হায়।

কেতু — লৈরবদি অরাবা নংই। ধনু রাশিদা থোক্লবদি য়েংথীবা মাওই। মকর রাশিদা লৈরবদি অপোকপী অরাবা ভায় *স্বক্ষেত্রদা লৈরবদি মুপী কুইনা পুন্সিদে নত্রগা থবক ইনথাংদা অপন্বা পীগনি।

১১ শুনা মকনসিদি মীওইবগী পুন্সিগী ওইবা তোংজবা কাম্নবা ) গী য়ুম্ফমনি। মসিদা রবি— লৈরবদি নিংথৌগুম অম-থুন মরাং কায়না হুত্তায়গনি। ময়াওদি কাংই।

চন্দ্র — লৈরবদি মুপী অঙাং ফাওবদা লাইবক ফবা-ফবী ওইগনি।

মঙ্গল — লৈরবদি শুকন্দ পাম্নলনা পাম্নি অমসুং পণ্ডিত ওই। ইনাক খুল্লি অমসুং অথাং কল্লি তৌবতবু খরদি লীকই।

বুধ— লৈরবদি য়াম্না লীকই, ঙা বা শিংই, অমসুং মুঙায়।

বৃহস্পতি - দি নিংথৌগুমই, ধর্ম্ম লৈ অমসুং অনা-য়েক্লদি পামগল্লি।

শুক্র - লৈরবদি নেক থেনা পুন্সি লেল্লি। মগুণ চেল্লি অমসুং মচিন লৈ

শনি— দি ইশৈ লোংলায় শাস্ত্রী, য়াম্না শেং চাবা পাস্মী অমসুং শুভ মনা পার্স্মী। তৌবতবু য়াম্না নহা ওইনা লায়না পাই।

---

*স্বক্ষেত্র হ য়বদি কেতুসিনা মান রাশিদা লৈরবদি স্বক্ষেত্রনি। রাহুনা কন্যারাশিদা স্বক্ষেত্র ওই।

রাহু— দি দাতা ওই অমস্তুং লাংচৎনৈ, ঈকায় খঙবা রাংলি।

কেতু— মরিন লৈ, মুংশিংকী অনাবা লৈ অমস্তুং মচা অপোকপা রায়।

১২ শুবদি অমাঙবা (ব্যয়) পুক্সিগী ওইবা চাদিংগী য়ুম্ফম তাকই। মসিদা রবিনা— লৈরবদি অনা-য়েক্না য়েংলি। রাখল চাওই অমস্তুং জাতকী বিচার তৌগন্দে।

চন্দ্র— লৈরবদি নাগল্লি অমস্তুং য়াম্না লীকই, হৌন-খঙদে মুপী য়ামই।

মঙ্গল— দি থবক তৌবদা য়াঙই, নোকল্লি অমস্তুং থবক হৈগল্লি (শিন শুই)। মুপীদি (মতু) পুক্সিদে।

বুধ— দি ইনাক খুল্লি, ঈকায় থীগল্লি, অতোপ্পা মুপীগী মরলনা মুঙায়গনি।

বৃহস্পতি—লৈরবদি পীক্লিঙৈদা য়াম্না মুঙায় দান তৌই। শোক্লগী য়াগী অনাবা ওই।

শুক্রদি— পীক্লিঙৈদা নায়, ময়াং কংই, লৌ শুবা পক্লৈ অমস্তু য়াগী অনাবা লৈ।

শনি— দি লেঙবা য়াদবা অবীবা ক্বংগা অনাবা ওইগল্লি।

রাহু— দি লমদম [illegible] অমস্তুং মিং [illegible]ঙলুনৈ।

কেতু— মাগী মামনা (মা[illegible]) য়োকই, নিং[illegible]থাগুমই, শৌজা[illegible] অমস্তুং মিংকী অনাবনা অয়েংপা পী।

---

# গ্রহগী লৈফম তুংইমা

# মীদুগী ফত্তবা খূদম

মঙক কেন্বা— লগ্নদগী ওইবোমদগী থীরক্লুনা ৮শুবা য়ুম্ফমদা রবি অমসুং চন্দ্র নত্রগা সিংহ রাশিদা পোক্লগা মকর নত্রগা কুম্ভ রাশিদা রাহু লৈরবদি মীহুগী মঙক কেন্বা নত্রগা থৌবী য়ান্দ্রনা শিগনি।

খুং তংপা— মশাগী লগ্নসে করিঙম্বদা মঙ্গলগী য়ুম্ফম্ অমসুং রবিগী য়ুম্ফম ওইববা অমসুং শনিসু লৈরবা, অদু ওইববদি মীহু মখুং যাওরোয।

মীং তাওবা— য়েংথীনবগী মফমদা রাশি ওইরবা লোয়ননা পাপ গ্রহ অহুম লৈববা মতুদা অফবা গ্রহনা মীংয়েং তোন্দ্রিববদি নত্রগা ৮, ৬, ২, ১২ শুবা মফমদা রবি, চন্দ্র, মঙ্গল অমসুং শনি লৈরবা নত্রগা নুমিৎ গ্রহন ওইদিদৈদা পোকপা অঙাংনা লগ্নদা রবি লৈরবা অদুগ ৯ অমসুং ৫ শুবদা ফত্তবা গ্রহ লৈরবদি অঙাংহু মীং তাওবা নত্রগা মীং য়াওদবা ওই।

খোঙ-খুং য় ৎদবা— লগ্নগী ৮শুবদা মঙ্গল লৈববা অমুকসু শনি, রবি, নত্রগা রাহুগা পুন্না লৈমিন্নরবা মহুগী অঙাংহু শোয়দনা খোঙ-খুং শোয়গনি।

খোং তেকপা— কর্কট বাশিদা শনি লৈরবা অহুদা অফবা গ্রহনা য়েংশিনদ্রিবদি মীহু শোয়দনা মখোঙ তেকপা নত্রগা শোয়গনি।

**মীৎ ফত্তবা** — ২ শুবা অমসুং ১২ শুবদা চন্দ্র লৈরবা মীদু মীৎকী অনাবা শোয়দনা নংবা ওই ।

**পুক্কী অনাবা**— পাপ গ্রহ ৬ পুন্না রাশি অমদা লৈরবদি শোয়দনা পুক্কী অনাবা লৈগনি ।

**অঙৌবা নত্রগা কত্তবা চাহৎপা লৈনা** :— শনি, চন্দ্র, রাহু পুন্না লৈরবদি অসিগুম্বা অনাবা ওইগন্নি । মকর রাশিদা রবি, শনি অমসুং মঙ্গলগী মরক্ত লৈরবদি অনাবসিগী খুদম্নি ।

লগ্নদা চন্দ্র লৈরবা তরেৎশুবদা রবি অমসুং ২ শুবা ১২ শুবা মফমদা পাপগ্রহ লৈরবসু মীদু অঙৌবা অনাবা ওইগন্নি ।

**বাত ওইবা** — লগ্নদা বৃহস্পতি গ্রহ লৈরবা অমসুং ৮ শুবদা শনি লৈরবদি মীদু বাত অনাবা লৈগন্নি ।

**য়া নাবা** - লগ্নদগী ৭ শুবদা পাপ গ্রহ লৈরবদি য়া ফত্তে । মেষ, বৃষ, ধনু দা জন্ম লগ্ন ওইরগা মহুদা অমুক পাপ গ্রহনা য়েংশিল্লবদি য়াগী মথেল মথেনগী অনাবা ওই ।

**রা য়াম্ন ভাংবা** :- লগ্নদগী ১১ শুবদা শানিচন্দ্র ( মপাঙ্গল শোনবা চন্দ্র ) অমসুং শনি পুন্না লৈরবদি মীদু মচীন রারকচনা তম্নদে ।

**অভাওবা** - লগ্নদা বৃহস্পতি, ৭ শুবদা মঙ্গল গ্রহ লৈরবদি নত্রগা লগ্নদা শনি লৈরবা নত্রগা ৫।৭।৯ মফম অহুমসিগী অমদা মঙ্গলনাসু লৈরবদি মীদু শোয়দনা ভাওগনি ।

শাগৈ মুংপা—রবি, শনি, রাহু পোকপদা মফম অমত্তদা লৈরবদি শাগৈ মুংকনি ।

মমা মপা মশক খঙদবা ( জারজ )—লগ্ন অমসুং বাশিদা বৃহস্পতি-গী দৃষ্টি লৈরবদি নত্রগা চন্দ্র ববিগা তিন্নরবা অমনা তিন্নরবসু চন্দ্রসি পাপী ওইববদি মমা মপা মশক খঙদবা ওইগনি। কবিগন্বদা ১শুবা, ৭শবা, ১২শুবা তিথিনা থাংজা. নোংমাইচিং, লৈপাক পোকপা ওইববা অসেমদনা থবানমিচাক খোমচোংনুপী, শাচুং লৈইবা." চীংচরোইবী শাম পীচা, শঙ্ক, চাইমায়, খাবলিতেং ওইবা অসুম্না শিগি, নুমিৎ, অমসুং নক্ষত্র শিংসে অপুন নুংশিবা পোকপা থাংথ পি-পা খঙদবা ওইগনি

পুন্সি তেনবা অমসু পাপী — ববিনা কবিগন্বদা পাপক অস্তগা পুন্না মফম শমদা লৈরবা, বৃহস্পতি ১ম শুক্রনা মিংয়েং পীদুবা অস্তাস্ত পাপী অমম পুন্সি লৈরে ।

নাম ব্রাংপা— লগ্নদগী কবিশুবা মুফমদা শনি, ১০শুবদা চন্দ্র অমসুং ৭শুবদা মঙ্গল লৈরবদি মীস্তু নাম ব্রাংপ ওই ।

নুপী য়াম্বা অমসুং নিপা য়াম্বা—চন্দ্র অমসুং শুক্রনা সমসপ নত্রগা পুন্না শাগি অমত্তদা লৈরবদি নুপী নিপা য়াম্বা ওই, নিপানা নুপী য়াম্বা ওই ।

লাইর চুতৎনবা— করিগুম্বদা রবি নত্রগা শুক্রগা মঙ্গলগা লৈমিন্নরবদি মীদুগী পুন্সিদু লাইরবা ওই, মতমদুদা সমত্রুগী ইশিং ফাওবা কংই।

নুপী নুপা মমিং উদবা— ১২শুবদা চন্দ্র, ৬শুবদা রবি লৈরবদি অদুগুম্বা নিপা-নুপীশু মমিং তাঙগনি।

নুপী অঙাং পোক্তবী— বৃষ, কন্যা, মকরদা লগ্ন ওইরবদি মদুদা শনি লৈরবা অমসুং ৭কী অলোইবা ৯গী শরুক্তা শুক্র লৈরবা অমসুং ৫শুবা মফমদা অফবা গ্রহ লৈত্রবদি নিপাদুগী নুপীদু অঙাং য়াওদে।

মচীন ফত্তবা— চন্দ্রগা লোয়ননা শনি লৈরবদি মীদু অকাম্বা রা ঙাংবা ঙইগনি।

অফা-অপুন ওইবা— লগ্নদগী ২শুবা, ৫শুবা, ৯শুবা, ১২শুবা পাপ গ্রহ লৈরবদি মীদু অফা অপুন নংই।

---

# নুপী নুপা পল্লবা য়েংবা

ষড়ষ্টক— নুপী নুপাগী রাশিদগী মশীং তরুক অমসুং নিপান শুবদু "ষড়ষ্টক" কৌই। খুদম ওইনা—মেষ রাশিগা কন্যা অমসুং বৃশ্চিক রাশি; বৃষ রাশিগা তুলা অমসুং ধনু রাশি থোকপদু ষড়ষ্টক কৌই: মসিদা লুহোংবা য়ায়। অদুবু মসি অনি থোক্না থায়দোকই, মহুদি— (ক) য়েংথীনবা ১মুং (খ) নুংশিনবা।

(ক) য়েংথীনবা— নুপী নুপাগী রাশি করিগুম্বদা মেষ অমসুং কন্যা, বৃষ অমসুং ধনু, মিথুন অমসুং বৃশ্চিক, কর্কট অমসুং কুম্ভ, সিংহ অমসুং মকর, তুলা অমসুং মীন, ওইরবদি য়েংথীনবা ওই। মসিদা লুহোংবা য়াদে। লুহোংবা নত্রগা লৌনলৈনবা থোক্রবদি নত্তন চাদনা অশিংঅনা থোকই।

(খ) নুংশিনবা— নুপী নুপাগী রাশি করিগুম্বদা মেষ অমসুং বৃশ্চিক, বৃষ অমসুং তুলা, ধনু অমসুং মকর, কর্কট অমসুং ধনু, সিংহ অমসুং মীন, কন্যা অমসুং কুম্ভ, ওইরবদি নুপা নুপী লৌনবদা হৈফ, নুংশিননা পুন্সি লেন্নি।

দ্বিদ্বাদশ— নুপী নুপাগী রাশি অনি অমসুং তরানিথোই ওইরবদি দ্বিদ্বাদশ কৌই। খুদম ওইনা— মেষ রাশিগা বৃষ অমসুং মীন রাশি, বৃষ রাশিগা মিথুন অমসুং মেষ রাশি ওইরবসু দ্বিদ্বাদশ কৌই।

মসিসু অনি থোক্কা থায়দোকই মতুংদি— (ক) য়েংথীনবা অমসুং (খ) নুংশিনবা।

---

* করিগুম্বনা নুপাগী রাশিদগী [illegible] নুপীগী রাশি লৈরবা, নুপীদগী [illegible] ৮ [illegible] নুপাগী রাশি লৈরবদি মদু ষড়ষ্টক ওইরবসু লৌনবা য়াদে।

(ক) য়েংথীনবা — মেষ-বৃষ, মিথুন-কর্কট, সিংহ-কন্যা, তুলা-বৃশ্চিক, ধনু-মকর, কুম্ভ-মীন : মসিগী রাশিসে নুপী নুপানা ওইবা থোক্রবদি লুহোংবা য়াদে, মসি য়েংথীনৈ। মসিদা লুহোংলবদি, শেল-থুম অমম্তুং থরায় মাঙই।

(খ) নুংশিনবা— মেষ-মীন, বৃষ-মিথুন, কর্কট-সিংহ, কন্যা-তুলা, বৃশ্চিক-ধনু, মকর-কুম্ভ ওইরবদি মৈ নুংশিনৈ। মসিদা লৌন-লৈনরবদি পুন্সিগনি অমম্তুং লন ফংই।

রাজযোটক — নুপাগী রাশিদগী ৩, ১১ শুবদা নুপীগী রাশি লৈরবা নত্রগা ৪, ১০ শুবদা লৈরবদি রাজযোটক মিলন কৌই। মসিদা লুহোংবনা ইফ কৈ। থুদম— মেষ-মিথুন, মেষ-কুম্ভ, মেষ-কর্কট, মেষ-মকর।

সমসপ্তম — বিসম-সম হায়না থীবদা মেষ রাশিদগী থীঙ্গনা নুপাগী রাশি ফাওবা থীরকপদা সম তারবা। নিপাতুগী তরেৎশুবদা নুপীগী রাশি ওইবা অহুম্তু থীবদা সম তারবদি সম-সপ্তম কৌই। মহুম্তু লৌ-নবা য়ায়। নিপাগী মীন রাশি নুপীগী কন্যা মসিবু সম-সপ্তম কৌই।

---

কন্নিংশ্বদা নুপীগী লুখ্রা যুগ থোক্রবদি লুহোংবা য়াদে। নুপা নুপী পুন্না থোক্রবদি শৌনবা অমুক হেন্না মৈ।

( See Page No. 60 Line No. – 7 )

( চেৎনাং ৬০ গী পরেং ৭ দা য়েংবিয়ু। )

# নুপীগী চাওরাকপা অফ-ফত্তবা

নুপীগী ফিভম্ য়েংবদা মাইচৌশিংগী মত য়াম্মী ; অঙুবু অয়াম্বনা চন্দ্রগী রাশিনা লগ্নগী রাশিদগী হেন্না। মপাঙ্গল কল্লবদি চন্দ্রগী রাশিদা বিচার তৌই। মরমসিনা ঐথোয়সু মসিমক তৌগনি।

চন্দ্রগী ফিভম্ য়েংঙগা নুপী মশক ফজবা ফজদবা বিচার তৌবা ঙমই ; অদুদি চন্দ্রসি মপাঙ্গল কল্লবদি মশক ফজবী, অদুগা শোল্লবদি নুপীদু মশক ফজদে খঙনৈ। লগ্ন অমসুং চন্দ্রগী ৭ (তরেং) শুবা মফম য়েংঙগা নুপীগী লাইবক্কী ফল হায়গনি।

নুপীনা পোক্লকপদা করিগুম্বা লগ্ন অমসুং রাশিগা পাপগ্রহ লোয়নরক্লবদি মপাম অমসুং মকু মযুম মৃৎকনি। লগ্নদা শুভগ্রহনা করিগুম্বদা য়েক্লবা (শক্র ক্ষেত্র) য়ুফম ওইরবা, অদুগা পাপ গ্রহ লগ্নগা কোপ্পনা লৈরবদি নুপীদু ★"বিষকন্যা" কৌই। পোকপা নুমিৎ খোঙচোং নুপী (কৃত্তিকা) নক্ষত্রগা কোয়রৌনু (শতভিষা) থরানিচাক ওইরবা নুমিৎ অদু অমুক থাংজা নক্ষত্রগা লৈপাক-পোকপা নুমিৎ থোক্লবদি নুপীদু "বিষকন্যা" নি খঙগনি।

লগ্নদগী ৮ শুবদা নক্ষত্রগা ১১ শুবদা মঙ্গল অমসুং রাহুনা অতোপ্পা পাপগ্রহ অমগা কোপ্পনা লৈরাদি নুপীদু মরমচং ফত্তবী (ওক্লবী) ওই।

লগ্নদগী ২শুবদা রাহু অমসুং শুক্র লৈরাদি নুপীদু মশাগী

---

★বিষকন্যা থোকপা নুপীদি মবায়রক থীবী, শাগৈ মাঙবী ওই। মসি শাস্ত্রদা ফত্তে হায়না তাকই।

পা থাদোক্লুনা অতোপ্পা নিপাবু পামগনি। ৮ শুবদা শনি ত্রগা রবিনা মরম্লায় মুক্ষমদা লৈরবদি মুপীথু অত্তাং পোক্কে। মূকম্ব বুধ অমসুং চন্দ্রনা ৮ শুবদা মরম্লায় মুক্ষমদা লৈরবদি অত্তাং পাক্লগা শিগনি। ৮শুবদা শুক্র অমসুং বৃহস্পতি লৈরবদি কুইনা ধুন্নিদে। শনি লৈরবদি মরক্তা অত্তাং চৎলি।

লগ্নদা নত্রগা ১২, ৪, ৭ অমসুং ৮ শুবা মফমদা মঙ্গল লৈরবদি পীথু লূখ্রা ওই। অস্মুম্না মুপাগী লৈরবস্মু পাখ্রা ওই। মঙ্গলনা সুন্না লৈববু *"ভৌম দোষ" কৌই।

মুপীগী কেন্দ্রগী মফমদা অমসুং ত্রিকোন্দা শুভ লৈরবদি মসুং শুভ গ্রহগী মিৎয়েং ফংলবদি মুপীথু ইনাক-কৈরাক খুনবা পাগী নুপী ওইগনি অমসুং শফনা ওই।

মুপীগী কেন্দ্রগী থীরক্লুনা ৭ (তরেৎ) শুবদা পাপগ্রহ হুন পুন্না লেরবদি মুপীথু মপুরোয়বা হাৎকনি। রবি লৈরবদি মপুরোয়বন থায়নগনি অমসুং মপুরোয়বথু শাণ্ডগনি। চন্দ্র লৈ বদি মপুরোয়বা ফজবা অমসুং রাত্তাং হৈবা ফংজে। বৃহস্পতি লৈরবদি ইচসং লৈবা নিংথৌগুম অমসুং পুক্নি তোলোয়না পান জ। শুক্র লৈরবদি মতম পুম্বদা নিং অনাবা অমসুং মাং পাপ্পী (পুন্না লৈবা)। শনি লৈরবদি পাপকী থবক চৌবা, লুরাম্না ওই। রাহু কেতু লৈরবদি মপুরোয়বা অতপ্পা ং-হাদবা মুপা ফ ই।

---

* ভৌমদোষ নুপী নুপা পুন্না থোক্লবদি লৌনবা ফৈ। তেং পুন্নমক বকই

ন্ পীগী লগ্নদগী ৭ অমসুং ৮ শুবদা মঙ্গল লৈরবদি লুখ্রা ওইগনি। অফ-ফত্তবা গ্রহ ময়াম প্ন্দুনা লৈরবদি অনিরক ময়ম পানগনি। অদুগা ২ শুবদা অফবা গ্রহ য়াম্না লৈরবদি মপুরোয়বগী মমাঙ থানা শিগে।

ন্ পীনা মপুরোয়বগী মমাঙ থানা শিবদি শাস্ত্রদা য়াম্না ফৈ হায়না ই।

---

# ত্রিকোন খঙহনবা—

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| রবি অমসুং | কেতুগী | ত্রিকোন | মফমদি | সিংহ | রাশিনি। |
| | চন্দ্রগী | ” | ” | বৃষ | ” |
| | মঙ্গলগী | ” | ” | মেষ | ” |
| | বুধগী | ” | ” | কন্যা | ” |
| | বৃহস্পতিগী | ” | ” | ধনু | ” |
| | শুক্রগী | ” | ” | তুলা | ” |
| | শনিগী | ” | ” | কুম্ভ | ” |

---

★ন্ পীনা করিগুম্বা ৭ অমসুং ৮ দা পাপগ্রহ লৈজরবসু কেন্দ্র অমসুং ত্রিকোনদা বৃহস্পতি গ্রহ লৈরবদি ন্ পীগী দোষ পুম্নমক ককই।

ত্রিকোন বাশিদা মফম চানা গ্রহ লৈরবদি ফৈ।

---

## রাহুগী মহুওহা মঙ্গলনা চাবগী অকুপ্পা খোঙচৎ—

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| বা | ম | ম | ০ | ০ | ২৬ | ৪০ | ০ | হু কাবা খুলায়দগী অবিবা ফংবা, অরাবা, অমাঙবা ওইগনি। |
| বা | ম | বৃ | ০ | ১ | ১৮ | ০ | ০ | মমল চঙবা, তোংবা য়াবা জীব ১স্তুং গাড়ীনচিংবা লেপশিনলি। |
| বা | ম | শ | ০ | ১ | ১ | ০ | ০ | নুপীগী থৌদোক্তা কিনিঙায় ওইবা অমাঙবা ঈকায়বা ওই। |
| বা | ম | বৃ | ০ | ১ | ২৩ | ২০ | ০ | অফবা থবক ধর্ম্মগী ওইবা তীর্থনা চিংবা চৎলি, অফবা মতু মচাস্ত্র ফংজৈ। |
| বা | ম | রা | ০ | ১ | ৭ | ২০ | ০ | চিংনবা, থবক মাঙবা, শেল মাঙবা, মতম মাঙজবা, অৱাবা ওই। |
| বা | ম | শু | ০ | ১ | ২৮ | ৭০ | ০ | মখল মথেলগী অপাম্বা পোং ফংজহনা য়াম্না মুঙাইনা মতম লেম্লি। |
| বা | ম | র | ০ | ০ | ২১ | ২০ | ০ | লম ফংই, শেল ফংই, মমল চঙবা পোং লেপশিল্লি তৈফ। |
| বা | ম | চ | ০ | ১ | ১২ | ৪০ | ০ | ইমুং-মনুং, মরূপ-মপাং, মরী মতাগা নুংশিনৈ, মুঙাইবা ওই। |

অপুন্বা চহী ০। ১০। ২০। ০ (থা ১০ মুমিং ২০নি)।

**রাহুগী মনুঙবা বুধনা চাবগী অকুপ্পা খোঙচৎ—**

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| রা | বু | বৃ | ০ | ৩ | ১২ | ০ | প ক্লিং ন ঙাইতবা, অশি-অনা অৱাবগী মতম্রি, শেলম্ভু মাঙই। |
| রা | বু | শ | ০ | ২ | ৮ | ০ | মখল মখলগী অনাবা, অৱাবা, পেন্দবগী মতম ওই। |
| রা | বু | বৃ | ০ | ৩ | ২৩ | ২০ | লন-থুম, অফনা সুপী অঙাং ফংজৈ, মতম সুঙাইনা লেনগনি। |
| রা | বু | রা | ০ | ২ | ১৯ | ২০ | ওইদবনা অওইবা শাহনা অফা অপ ন, অৱাবা তাহল্লি। |
| রা | বু | শু | ০ | ৪ | ৪ | ৪০ | ধর্ম্মগী ওইবা অফবা মফমদা থবক তৌই অমম্ভং কোয়জৈ। |
| রা | বু | র | ০ | ১ | ১৫ | ২০ | তৌরুবদা মঙ্গল ওই, ন ঙাই য়া ফবগী মতমনি কৈ। |
| রা | বু | চ | ০ | ৩ | ০ | ৫০ | থঙহৌদনা অশোক-অপন খোকই রাহল্লি গ্যেকশিনবিয়ু। |
| রা | বু | ম | ০ | ১ | ২৬ | ৪০ | পয়সা লুপা মাঙগনি, অনায়েঙ্গা মপাঙ্গল কল্লি ফজ্ঞে। |

---

অপুবা চহী ১।১০।২০।০ (চহী ১গা থা ১০ ন ম্রিৎ কুন)।

রাজ্য়ী মনুঙদা শনিনা চাবগী অকুপ্পা থোক্তচৎ—

রা শ শ ০ ১ ১০ ০ ওক্তবীগী মনাক্তা মুন্ডাইনা হুরাওনা মতম মাঙহল্লি, মশাদি পেনজৈ।

রা শ বৃ ০ ২ ৬ ৭০ মচ-মৎ ফংজে, দান ধর্ম্ম তৌই, তীর্থ চংলি।

রা শ রা ০ ১ ১৬ ৭০ মখল-মখলগী অরাবা ওই কোক্কী অনাবনা রাহল্লি।

রা শ শু ০ ২ ১৩ ২০ কান্নবা য়াম্না ফংএ, নুপী মচা মশুগা নুঙাইনা মতম লেপ্লি।

রা শ র ০ ০ ২৬ ৪০ মওং মওংগী অনাবা, কোক্তা নুঙ ইতবা ওই যদ্রে :

রা শ চ ০ ১ ২৩ ২০ নুপী রায়, অশি অনা থোকই নত্রগা হুরাবদগী অকিবা ওচ।

রা শ ম ০ ১ ৩ ২০ য়াম্না রাবা, অশোয়বা, খুদক্তা অকিবা ফংবা শোকপনবা ওই।

রা শ বু ০ ২ ০ ০ দশা লেপ্লে, তৌরুবা খুদিং লাকচরগনি, নুঙাইহনবে।

---

রাহুগী মনুঙদা বৃহস্পাতিনা চাবগী অকূপ্পা খোঙচৎ—

রা বৃ বৃ ০ ৪ ৬ ৪০ ০ পাঙ্গল কল্লে, অফবা মফম
কোয়ঙ্গরে, থবক খুদিং মঙ্গল ওই।

র বৃ রা ০ ২ ২৮ ৪০ ০ খৎনৈ, য়ংথি, য়েক্রবনা
রাহৈজল্লি ফত্তে।

রা বৃ শু ০ ৪ ১৯ ২০ ০ য়েংথিবগী মীচঙ য়াম্মী,
নূপী কায়নৈ, শেল মাঙই।

রা বৃ র ০ ১ ২০ ৪০ ০ পেন্দবদগী য়ুম থাদোকই,
কোক সুঙাইতে, মিরমদা অরাবা ওই।

রা বৃ চ ০ ৩ ১১ ২০ ০ নূপী হজ্জিল্লি, তৌরুবা
খুদিং ঙমজৈ, অফবা মতম লাকই।

রা বৃ ম ০ ২ ৩ ২০ ০ য়েথিববু ঙমজৈ, মায় পাকই,
সুঙাইবগী মতমনি।

রা বৃ বু ০ ৩ ২৪ ০ ০ কান্নবা ফংজৈ, তৌরুবা
খুদিং ঙমই সুঙাইবনি।

রা বৃ শ ০ ২ ১৬ ০ ০ শেল য়াম্না মাঙই, মখল
মখলগী অরাবা অনাবা, ওইরকই ফত্তে।

---

অপুম্বা চহী ২।১।১০ (চহী ২ থা ১ নুমিৎ ১০)

## শুক্রগী মঙুঙদা শুক্রনা চাবগী অকুপ্পা খোঙচৎ—

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| শু | শ্ | শ্ | ০ | ৮ | ২৯ | ৩০ | ০ | শেলথুম, মুপী, তোংডুনা, চৎপা য়াবা পোৎ, ইজ্জৎ, ধর্ম্ম ফংজৈ। |
| শু | শ্ | র | ০ | ৩ | ৮ | ০ | ০ | থবক মাঙই, শেল মাঙই, অকিবা ওই, অফা অপুন নংই। |
| শু | শ্ | চ | ০ | ৬ | ১৬ | ০ | ০ | থবক মাঙজবতা নত্তনা থরায় রায় রাখল পিকশিল্লি। |
| শু | শ্ | ম | ০ | ৪ | ২ | ৩০ | ০ | অনৌবা থৌনা লাকই, লম, শেল-থুম ফংজৈ ফৈ। |
| শু | শ্ | বৃ | ০ | ৭ | ১০ | ৩০ | ০ | নুঙাইবগী মতম্লি, পুন্সিগী নুঙাইবগী অর্থ হোংঙকই। |
| শু | শ্ | শ | ০ | ৪ | ২৭ | ০ | ০ | মায় পাকই, মঙ্গপ-মপাং য়ামই, মীনা মশক খঙই য়াম্না ফৈ। |
| শু | শ্ | বৃ | ০ | ৮ | ৫ | ০ | ০ | অঙম্বনা চাল্লি, মশক খঙই, মচা-মশ্, মুপী অঙাং ফংজৈ। |
| শু | শ্ | রা | ০ | ৫ | ২১ | ৩০ | ০ | ঈকায়বা ফংই, অরাবা অনাবা, নুঙাইতবগী মতম লাকই। |

---

অপ্রা চহী ৪।১।০ (চহী মরিগা থা লমা)

**শুক্রগী মনুঙদা রবিনা চাবগী অকুপ্পা খোঙচৎ—**

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| শ, | র | র | ০ | ০ | ২৮ | ০ | ০ | অনায়েক থোকই, মরূপ কায়নৈ, শেল মাঙই, মতমসি শেংদে। |
| শ, | র | চ | ০ | ১ | ২৬ | ০ | ০ | য়েংখিবা য়াম্মী, অনায়েক কল্লি, অরাবা তায়। |
| শ, | র | ম | ০ | ১ | ৫ | ০ | ০ | অঙম্বনা চাল্লি, পুক্লিং চাওখৎলি, মণি মুক্তা সনা ফংজৈ। |
| শ, | র | বু | ০ | ২ | ৩ | ০ | ০ | অফা-অপুন নংই, খৎনচৈনবা হেনগৎলি, ফত্তে। |
| শ, | র | শ | ০ | ১ | ১২ | ০ | ০ | কোক্কী নৈনা ওইরকই, অশি অনা ওইরকই রায়। |
| শ, | র | বৃ | ০ | ২ | ১০ | ০ | ০ | অফবা থবক তৌই, লাইফম চৎলি, শেন, মচা মশু ফংজৈ। |
| শ, | র | রা | ০ | ১ | ১৯ | ০ | ০ | অরাবা তায়, অচৌবা অনায়েক ওই অরাবনি। |
| শ, | র | শু | ০ | ২ | ১৭ | ০ | ০ | মথক্কমথক্কগী কান্নবা ফংই, নুঙাই য়াইফবগী মতমনি। |

---

অপুম্বা চহী ১।২।০ (চহী ১গা থা ২)।

**ওরুগী মন্থংথা চন্দ্রনা চাবগী অকৃপ্পা খোঙচৎ—**

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| শ | চ | চ | ০ | ৪ | ২০ | ০ | থবক, স্নুপী অঙাং, লুপা পয়সা মাঙই, ফত্তবা ওই। |
| শ | চ | ম | ০ | ২ | ২৭ | ৩০ | অনায়েক, অফা অপুন, শেল-থুম মাঙই। |
| শ | চ | ব | ০ | ৫ | ৭ | ৩০ | মমল চঙবা পোং ফংজৈ, স্নুঙায়বা মতমনি। |
| শ | চ | শ | ০ | ৩ | ১৫ | ০ | খৎনইচনবা তোয়, অকিবা নংই, অফা অপুন নংই। |
| শ | চ | র | ০ | ৫ | ২৫ | ০ | ঈকায় খুম্ম, নিংথৌনা চান্ত্রে, অফবা নুপী অঙাং ফংজৈ। |
| শ | চ | রা | ০ | ৪ | ২ | ৩০ | অনাবা অচৌবনা নাগনি, অন্নাবা অশিবা নংই। |
| শ | চ | শ | ০ | ৬ | ১২ | ৩০ | অন্নাবা লেন্রে, শেলথুল মন্নাং কায়, স্নুঙায়রে। |
| শ | চ | র | ০ | ২ | ১০ | ০ | নুংশিনৈ, সম্মান ফংজৈ, স্নুঙায়-বগী মতমনি কৈ। |

---

অং চহী ২।১১।০ ( চহী অনি থা ভরামাথোয় ) ।

শুক্রগী মনুংদা মঙ্গলনা চাবগী অকুপ্পা খোঙচৎ—

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| শু | ম | ম | ০ | ১ | ১৬ | ৪০ | ০ | শেল, লম, মরূপ অকবা, মুঙায়বা ফংজে। |
| শু | ম | বু | ০ | ২ | ২৪ | ০ | ০ | মখল মখলগী থোনা লাকই মুঙায়, শেল মরাং কায়। |
| শু | ম | শ | ০ | ১ | ১৬ | ০ | ০ | লল মাঙই, খৎন-চৈনবা কল্লি, অক্না-অপুন নংই। |
| শু | ম | বৃ | ০ | ৩ | ৩ | ২০ | ০ | মমল চঙবা পোৎ ফংজে, অকবা মচা ফংজে হৈ। |
| শু | ম | রা | ০ | ২ | ৫ | ২০ | ০ | অশি-অনাদগী চোকশিন-বিগনি, অরাবা তাগনি। |
| শু | ম | শু | ০ | ৩ | ১১ | ৪০ | ০ | লল কাখৎল্লি, বৃদ্ধি চাও-খৎল্লি, ফগৎলে। |
| শু | ম | র | ০ | ১ | ৭ | ২০ | ০ | অশি অনা লেল্লে, মরূপ মপাং অকবা ফংজে, ফগৎলে। |
| শু | ম | চ | ০ | ২ | ১৪ | ৪০ | ০ | অনা-য়েক কোকএ, লুপা পয়সা মরাং কায়রে। |

---

অং চহী ১।৬।২০।০ ( চহী অমা থা তরুক মুমিং কুন )

শুক্রগী মঙ্গুংদা বুধনা চাবগী অকুপ্পা থোঙচৎ—

শু বু বৃ • ৫ ২৮ ৩০ • কায়নবা মরূপ ফংনৈজে,
শেল-থুম মুঙায়, মরাং কায়।

শু বু শ • ৩ ২৯ • • লায়না চংঙকই, খংন-
চৈনবা মুঙায়তবা ওই, মীরমদা চংলি।

শু বু বৃ • ৬ ১৮ ২০ • লুপা পয়সা, মুপী অঙাং,
ধর্ম্মগী থবক তৌই ফৈ।

শু বু ধা • ৪ ১৮ ৫০ • লল ময়েং তারকই, অনা-
য়েক য়াওরকই, মীরমদা চংলি রায়।

শু বু শু • ৭ ৮ ১০ • নিংথৌনা চাল্লি, টকায়-খুয়ৈ,
মুঙায়, মচানিপা ফংজৈ।

শু বু র • ২ ১৯ ২০ • লাইবক ফৈ, তৌরুবদা মায়
পাকই, মুঙায়জৈ।

শু বু চ • ৫ ৮ ৪০ • অরাব' ওই, অনা-য়েক য়েং-
থিবনা রাহল্লি. দশা ফজে।

শু বু ম • ৩ ৯ ১০ • য়াম্না রায়, অনায়েক, ১ম্বং
অশি-অনা নংই।

---

অ' চহী ৩।৩।২০ ( চহী অহুম থা অহুম মুমিং কুন )।

## শুক্রগী নম্বুংদা শমিনা চাবগী অকুপা থোঙচং—

শু শ শ ০ ২ ১০ ০ শেলথুম, মরূপ মপাং ফংই, নুঙায়বা মরাং কায়রে, নুঙায়রে।

শু শ র ০ ২ ২১ ৪০ ঈমুং মনুং নুঙায়না পুন্সি লেপ্লি অফবা মচানুপা ফংজে।

শ শ রা ০ ২ ২১ ৪০ লল মাঙই, অনায়েক, অশিংবগী পাও তায়, রায়।

শ শ শ ০ ৪ ৮ ১০ লল ফংই, মরূপ ফংজে, নুঙায়বা মতমনি।

শ শ র ০ ১ ১৬ ৪০ মীঙোন্দগী নিন্থুনা চায়, থরায় নুঙায়রে, অরাবনি।

শ শ চ ০ ৩ ২ ২০ মতু মচা কায়নৈ, অনায়েক ওই, কোক নুঙায়রক্তে।

শ শ ম ০ ১ ২৮ ২০ অপোম্বনা অনায়েক তৌই, নত্রগা অকিবা অমম্বুং শেল মাঙই।

শ শ বৃ ০ ৩ ১৫ ০ অঙম্বা ওইরে, অকিবা লৈতনা নুঙায়না লেপ্লি:

---

অঃ চহী ১।১১।১০ ( চহী অমা থা তরামাথোয় নুমিৎ তরা )।

শুক্রগী মন্নুংদা বৃহস্পতিনা চাবগী অকুপ্পা খোঙচৎ—

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| শু | বৃ | বৃ | ০ | ৭ | ১১ | ৪০ | ০ | মতু মচাগা লোয়ননা মীনা ঈকায় খুম্ননা পানজে ফৈ। |
| শু | বৃ | রা | ০ | ৫ | ৫ | ১০ | ০ | অরাবা ওইরকই, অনায়েক্লা শেল মাঙই ফংতে। |
| শু | বৃ | শু | ০ | ৮ | ৩ | ৫০ | ০ | শেল থুমতা নত্তনা ইমুং মনুং তিনবা য়াদে। |
| শু | বৃ | র | ০ | ২ | ২৮ | ৪০ | ০ | ঙমদবা থবক পাঙথোকই, শেল থুম ঈজৎ ফংজে,। |
| শু | বৃ | চ | ০ | ৫ | ২৭ | ২০ | ০ | অফবা নুপী অমম্লুং লল ফংজরবস্থু অনায়েক কল্লি, চ্যোকশিল্লু। |
| শু | বৃ | ম | ০ | ৩ | ২০ | ৫০ | ০ | য়েংথিবা লৈতে, লম ফংজৈ নুঙায়জে। |
| শু | বৃ | বৃ | ০ | ৬ | ১৯ | ৩০ | ০ | অঙম্বা ওই, তৌরুবা থদিং মায় পাকই, শেল ফংজৈ। |
| শু | বৃ | শ | ০ | ৪ | ১৩ | ০ | ০ | শেল মাঙই, অরাবা তায়, ফত্তবা পাও তায় নুঙায়তে। |

অং চহী ৩।৮।১০ ( চহী অস্তম থা নিপান মপিং চবা ) ।

### শুক্রগী মনুংদা রাহুনা চাবগী অকৃপ্পা খোঙচৎ—

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| শু | রা | বা | ০ | ৩ | ৮ | ০ | অনায়েক, অরাবা নংই, মীরমদা চৎলি ফত্তে। |
| শু | রা | শু | ০ | ৫ | ৪ | ০ | ইমুং মনুং থংনৈ, শেল থুম মাঙই, কোক নুঙাইতে। |
| শু | রা | র | ০ | ১ | ১৬ | ০ | অশি অনা থোকই, ফত্তে শেল মাঙই। |
| শু | রা | চ | ০ | ৩ | ১১ | ০ | খংননা পামই, পেনদে নুঙাইতে, শেল মাঙই। |
| শু | রা | ম | ০ | ২ | ১০ | ০ | খুংলাইনা শোকই, অনাবনা পামই, অকিবা ফংই। |
| শু | রা | বু | ০ | ৪ | ৬ | ০ | লুবান চিন্থিদগী, নিংথৌদগী অকিবা ফংদুনা লল মাঙই। |
| শু | রা | শ | ০ | ১ | ১৪ | ০ | মরূপ কায়নৈ অরাবা ফংই। |
| শু | রা | বৃ | ০ | ৪ | ১০ | ০ | য়াম্না কিবা, অরাবা, থবক কায়বা, ফত্তবা মতমনি। |

অ: চহী ২।৪।০ ( চহী অনিগা থা মরি )

★ ১০৮ গী মত মতুং ইন্না দশাগী অকৃপ্পা খোঙচৎ লোয়রে।

## (ঘ) গী শরুক

স্বর্গীয় মণিপুরাধিপতি শ্রী যুচ্ছুর চন্দ্র সিংহ মহারাজকী জন্ম কুঠি। মনিপুরাব্দ ১০৬৪। শকাব্দ ১৭৭৪।১।২৮।৫।১৭। রবি — বৃষ ৫, চন্দ্র (রাশি) — কুম্ভ ২৭, মঙ্গল— সিংহ ১০, বুধ — বৃষ ৪, বৃহস্পতি — তুলা ১৬, শুক্র — কর্কট ৮, শনি—মেষ ২, রাহু—মিথুন ৬, কেতু—ধনু ২০, লগ্ন — মিথুন ॥

ইনিংথৌসিগী চাওরাকপা পুন্সি খোঙচৎ :—

স্যার চন্দ্রকীর্তি K. C. S. মচা ইবুঙোহন মহাক্কী ধর্মগী মপুগা কর্মগী মপুগা অনি য়েংনবদগী পূর্ণ রাজযোগ ফোংদোকই। রাহুগী ভোগ্য চহি ৪।২।৬ মথংদা শুক্রগী চহি ২১। মরমসিনা চহি ২৫ ফাওবদি নিংথৌ ওইয় হায়দে। দশা পতিগী ভাবপতি মঙ্গলনা অনি শুবদা কারক রবিনা ১১ দা লৈবনা শুক্র দশাদা ফংবা অমিনি কারক্কী ভাবপতি শনিনা ১০ শুবদা নীচ্যদা লৈবনা খজিক ফবনদি নিংথৌ ওইবা ফংখিদে। চহি ২৫ দগীনা চহী ৩১ ফাওবা রবিগী দশানি, মহাক্না আয়দা লৈবনা দশা পতি অমম্বং কারক্কী ভাবপতি শনিনা দশা পতিগী বায়দা লৈবনা চহী ৩১ ফাওবা নিংথৌ ওইখিদে। চহি ৩১ দগী ৪৬ ফাওবসি চন্দ্রগী দশা চহি ১৫ নি। মতম অদুদা ইনিংথৌ অসি নিংথৌ ফম ফংখিবনি। চন্দ্র সি ৯ গী

মফমদা লৈবনা য়াম্না শোল্লি অমসুং মঙ্গলগী সম সপ্তমদা লৈ। মরমসিনা চন্দ্রগী দশাসে ফত্তবা দশানি; অদুব, ৯ শুবা মফমদা লৈবনা চহি ১৫ গী মনুংসিদা নিংথৌ ফমসু ফংখি অমসুং তোকখি।

অসিগী মন্নুংদা ১০শুবা য়ুমফমগী ফল য়েংসি,—দশাপত্তিগী ভাবপত্তি মঙ্গলনা কেন্দ্রদা লৈবনা কারক বুধনা মরিশুবা কেন্দ্রদা লৈবনা রবিসু কেন্দ্রদা লৈবনা চন্দ্রগী দশা মনুংদা শোয়দনা মপোক্কী রাজযুগকী ভোগ চাবা হৌগনি। অদুগা কারক ভাব-পত্তি শনিনা শোনবনা দশাপত্তিগী অন্তমশদা লৈবনা রাজযুগকী মাঙবসু ওইগনি। মরম অসিনা ১৮০৮ দা রাজসিংহাসন কাই। অদুগা শোক ১৮১২ দা( চ্যুত ওইখি ) থাদোকখি।

মঙ্গলনা পীড়িত ওইবা চন্দ্রনা শনিগী য়ুমফমদা ( ধর্ম স্থানদা লৈদুনা পুক্নিংগী মওং ফোংদোকই। ( ভাব ফল )। ধর্মদা পুক্নিং চঙই, হান্নগী চৎলকপা ধর্ম হোংদোকই, অনৌবা গুরু অমা লৌই। তীর্থ চৎলি। মচিন মনাও ফোংদোকপা মঙ্গলনা য়াম্না য়েৎপনা রাখল খন্তবগী ( বিবেচনা ) পাঙ্গল রাৎলি; মরম অসিনা মচিন মনাও য়েক্ল। য়ুম্ফম ১২দা লৈবা রবিনা হেনজিনবনা মপোকসিদা শোয়দনা অফা অপুন নংগনি; মরম অসিনা মরমদম থাদোক্কুনা মীরমদমদা নিংথৌ অসি চেনখিবনি। বৃহস্পতিদা বিদ্যা বুদ্ধি মচানিপা ফোংদোকই। বৃহস্পতিনা খওহল্লি নিংথৌসি

লাইরিক হৈ, নোল্লুকপা ১স্নুং ভক্তিদা হেনজিল্লি; অদুন্নদি ওইরগা মচানিপা অহলসি য়েক্লবগী মফমদা বৃহস্পতি, বুধনা নীচদা লৈবা শনিনা য়াম্না য়েংশিন্বা (পীড়িত) মরম্না লাইরিক হৈবা ১স্নুং ভক্তি প্রেম লৈজরবস্থু মমিংতা ওইনা চৎপা অদুগা সম্পত্তি অপুন্বা মাঙবনি।

২। **অধরসিং** — শক ১৭৫৯ | ৭ | ২৫ (বর'চাওবা)

রবি—বৃশ্চিক১৮, চন্দ্র – বৃষ ৩, মঙ্গল—ধনু ২০, বুধ—ধনু ১৯, বৃহঃ — সিংহ ১২, শুক্র — মকর ২২, শনি— তুলা ১৬, রাহু - মীন ২৭, কেতু—কন্যা ১৪. লগ্ন—কর্কট ॥

চন্দ্রগী দশাদা ফংখিবা ঃ— মপাইবুঙো স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা নোংঙ্গাখ্রবদা অন্ত্যেষ্টিক্রিয়া তৌদ্রিঙৈদা মাগেঙাকপগুম মনাওশিংনা কোইশিন্দুনা নিংথৌ ওইখি। অদুগা নিংথৌগী সিংহাসনদা কেক কাবদগী সনা পুক্রিংদা ফমি' চুপ্পা য়েক্লবদগী কিবনা থক থক নিকখি। নু শিবব' কল্লবা মনাওশিংবুস্থু থাজবা ঙমখিদে। অধবসিং (বরাচাওবা মহারাজ কুমার) না তেঙ্গোল লান তৌগদবগী খুংলাই চিংদুনা লেপ্পুনা ভাইরে। মণিপুরগী পাউনা ব্রজবাসীনা মনাক্তা লৈদুনা মপাইবুঙোগী সংস্কারদা তোপ কাপদুনা থৌগন তৌবম্বদগী য়েক্লবগী মীচঙদা চৎখি। অসেমদা নিংথৌদি ওইবতা ভাইরিবা মীকুপ অদুদা থোকখিবনি।

কুণ্ঠি সিদা লক্ষিস্থানপতি গুরু, বিষ্ণুস্থানপতি মঙ্গল অনি

মফম অমত্তদা লৈহুমা দুর্ভীযোগ ওইনা পোকপা কুমারনি। পীড়িত তৌহনম্ব নিংথৌ শোয়দনা ওইগদবনি ; অহুবু দশাগা মপা চান্নদবনা ওইখিদে। কুমারগী ৩ অমস্তুং ১১দা কেতু চন্দ্র মহুগুম্না ৫শুবা ১স্থং ৯দা রবি রাহু লৈবনা পরাশর ঋষিনা হায় ২রক হন্না মরৈপাকতগী তাংখো কপা অমসুং য়েক্রবগী মথুন্তা ফাবগী মতম লৈ। শ্রীযুত শুরচন্দ্র মহারাজনা সিংহাসন কাবা মতমদা কুমার-গী চহি ৪৯নি। মতমসিদা শনিগী দশা ওই। শনিসি উৎচদা ১স্থং কেন্দ্রদা লৈ। অহুনা "মন সিনাং স'প্ররহ্যব" হায়মিৎ চুম্পা লান তৌরবত্তদা হরাউজবা থুংলাই পায়রদা হৈনজবনি: অহুবু মহাক্কী ( শনি ) দশাদা বৃহস্পতিগী ভাবপতিনা ৮ শুবদা লৈবন চহী ১০ নিংথৌ ওইবা ফংখিদে। নির্বাসন দণ্ড ২রক ফংখি।

মহারাজ সুরচন্দ্রনা মহাকপু কিবনা থক থক নিকখিবনি ; অহুবু কুমাবসিবু লানফমদগী ফাহুনা পুরক্তগা থম্মদা মপা ইবুঙোগী সিংহাসনদুদা কপতুনা থুরুম'জ। মরম সিনা নিংথৌ-সিগী ভক্তি অমস্তুং প্রেমদি আথোয়বনি। শ্রুতিনা হায়বা "পিতৃদেবোভব, মাতৃদেবোভব, অতিথিদেবোভব, আচার্য্যদেবোভব" ধর্ম্ম সি নিংথৌবেল সিনা উৎলম্মী।

নিংথৌ রাজনীতিগী হৌমবীদা, হায়বদি মহাক্না পানবদা মণিপুরদা প্রেজাগী অৱাবা থোক্কদবনি। ( কুন্তীনা কৃষ্ণদা তাকপা নীতিদা ) ; অহুবু বিদ্যাস্থানদা লৈবা বৃহস্পতিগী মহৈনা মহাকী

প্রজাদা বৈষ্ণব দর্শন প্রচার তৌরম্মী, অমত্তা পোকচবা মচা পুন্সিখিদে। বৃহস্পতিনা য়েক্লবগী ময়ুমদা মপাঙ্গল শোম্বা, লৈবা শনিনা পীড়িত তৌবনা নিংথৌরেল অসিনা নিংথৌ ওইরগা মুনিগী আশ্রমদা লৈবগুম্না নিংথৌগী ফীজেং থাদোক্তুনা নিতিগী মথুৎনা লৈ-তুলসী পত্র থিত্থনা ভগবৎ ভজন তৌই। “ধন জন পুত্র কন্যা আর কিছু চাইনা, প্রেম ভক্তিবিনে আর কিছু চাইনা” হায়না ঈশৈ শক্লম্মী।

দশাপতিচন্দ্রনা ধর্মস্থানদা লৈবনা নিংথৌরেলসিনা মবুধো ইবুঙো ভাগ্যচন্দ্র মহারাজদগী হৌনা চৎলকপা শূর্যোদয় বিদ্যা একাদশী ব্রত য়ারমদে, অরুনোদয় বিদ্যা থাদোকই, মহা দ্বাদশী মত প্রচার তৌরম্মী। শ্রীশ্রী গোবিন্দ লৈন লৈন মহাক্কী ব্রজবিধুগী সেবা তৌরম্মী। ধর্ম পতি শনিনা নীচদা লৈত্থনা বৃহস্পতি অমসুং বুধনা মীয়েং তাবা মরম্না মহেশাগী গুরু লৈনা লৈনা বাবাজি আনন্দ দাসপু ২শুবা গুরু ওইনা সনা কোম্নুংদা থম্লম্মী। দেব সেনাপতি ভ্রাতৃকারক মঙ্গল গ্রহনা মচিন মনাওগী মফমদা লৈত্তুনা দশাপতি চন্দ্রবু পীড়িত তৌবা মরম্না মহাক্কী সেনাপতি মনাও ইবুঙো বীর টিকেন্দ্রজিৎকী প্রতাপনা কনখিবনা সিংহাসন থাদোক্তুনা চেনবা তাখি। মহাক্কী নির্বাসনদা তীর্থদা লৈত্থনা নিংথৌরেল অসিনা মী ওইনা পোক্তুনা শাম্নবা নাট্যগী যবনিকা পাত ওইখি। নিংথৌরেল অসিগী য়ুম ও অমসুং ১১গদা পঢ লৈবা মশীং মান্নবনা ঋষি পরাশরনা হায় অক্লবগী মশক ওইনা অমসুং মীরৈবাক্তা নোঙ্গাখি।

৩। মণিপুরাধিপতি ৺কুলচন্দ্রবধজ সিংহগী জন্ম কুঠি

মণিপুরাব্দ— ১০৬৬ শক ১৭৭৫ | ১০ | ১৫ | ২৬ | ৩০ ।

নিংথৌরেনসি স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ K C S I গী ২শুবা মচাইবুঙোনি। শ্রীযুৎ সুরচন্দ্র সিংহগী বিমাতৃপুত্র মনাও ইবুঙোনি। শ্রীরামকৃষ্ণগুম্না মণিপুরদা ঙালম্বা মচিন মনাওনি। নিংথৌ অনিসিদি ঐখোয়না খঙলকপা মতমদা লৈরমদ্রবস্ম সনম মিনম তানরিবনি। মসিদা অম্মুশিলোন তৌবরদি পাঙ্গি হৈনিংবশিংনা মতেং য়াম্না ওইগনি। অতুনা ঐখোয়গী মণিপুরী বিশ্বভারতী-দগী প্রেমানন্দ মচিন মনাউ সমিক্ষা তৌবি।

নিংথৌরেলসিগী রাশিচক্রদি রাহু—মেষ ১, শনি, বৃষ ৪, মিথুন—চন্দ্র (রাশি) ৬, কর্কট লগ্ন, কেতু—তুলা ১৬, বৃহস্পতি, মকর, ১৩, বুধ, ২৪, মঙ্গল—রবি ২৫, কুম্ভদা, শুক্র, মীন ২৫। ১০৮ চং—১৩/৪/২১।

নিংথৌরেল অনিসি মহারাজ শ্রীযুৎ সুরচন্দ্রনা বিদ্যাস্থানদা ফবা হেল্লি; তৌইগুম্বসুং বিবেচনা শক্তি য়াওদে। শ্রীযুত কুলচন্দ্রগী মর্মস্থানদা গুঙ্গী শক্তিনা ওইরংপান পুম্বদা অফবা মীং চৎপীগে হায়তনা লৈবা মরম্না ধর্ম অমসুং অধ্যাত্মিকতদা ওস্থোক্না যখ্রবা যুগনি। মরম অসিনা তুপ্রিরাজনা হায় "অতিথিগুরু সুমা কর্মা—তীর্থ যাত্রাপাশিথির ॥ মযুমদা লাকপা মীর, গুরুর, দেবতার পেল-হম্নবা মহাক্ষী সর্বশুতীর্থদা লোয়না হুনজেরপা, "মনিজন সমবেশঃ পুরুষস্যাক্রয়োয়।"— মনিব্রত তৌদুনা প্রান থাবা কুমিং চুম্না

শাওবগী মূর্ত্তি ওইবা, মমি মহারাজ কুলচন্দ্রদা মী পুন্নমক্না উখি। মহাকপু শুক্রাচার্য্যনা পৃথিবী পুম্বদা মমিং ফাওহনগে হায়বা মরমনা ভারতকী স্বদেশী গানদা "রামচন্দ্র, লবকুশ, ব্রক্রবাহন, কুলচন্দ্র, টিকেন্দ্রজিৎ হায়না মহাক্কী কোরৌ মীং শকখিবনি। শ্রীধামব্রজবৃন্দাবনদা শ্রীরাধাকুণ্ডগী মপান্দা মুনিব্রত তৌদুনা লৈরগা অন্তকালদা ভক্তবেশ ফংদুনা নশ্বরদেহ থাদোকাখবা কনাগুম্বা নিংথৌগী মরাইবক্তা পোকখিদে। ঋষি পরাশরনা হায় ৪/১০— য়ুমদা লৈবা গ্রহ মশীং মান্নবনা অযবগী মশক্তি থাদোক্তে অদো পাঞ্জিশিংনা উগনি, রাহু কেতুনি।

নিংথৌরেন অসিদা ব্যবহারিক বুদ্ধি অমস্থুং সমাজিক শিষ্ট ব্যবহারনা মরম ওইদুনা সৌভাগ্যবান ওইয় হায়না শুক্রনা পী; মরম অদুনা রাজনীতি ক্ষেত্রদা সত্যযুগ হৌ হায়বা ফিভমদা (কুন্তিনা কৃষ্ণদা হায়বা, যান সন্ধি পর্ব্ব) মহাক্না নিংথৌ ওই। নিংথৌসিনা মহাক্কী প্রজাদা চৎলম্বা নীতিশিংদু এংলগা খংবা ঙম্মী, মহাক্কী স্নাহাক্কতা মণিপুরদা সত্যযুগ হৌখি। মহাক্না শুম্পগী থা ৯ লোমদা পান্নমই, নুমিৎ চুম্বা মপানগী য়েক্কবগী র'ইচিন্বনা নোংমতম্ শান্তি ফংখিদ্রবা, খল্লুবদা অঙকপনি। মহাক্না মণিপুর থাদোক্তুনা চৎলমদাইদা ধনেশ্বর তুবেন্দা হিথক্না লেপ্তুনা ঙক্কগী মুক্তা পরেং লৌথোক্তুনা "ইমা লাইবক থিবি ঐগী মতমদগী মীখা পোলহোরে, ইমাগী মফমদা নচাগী অরোইবা দাননি" হায়না মুক্তা পরেংদু ঈশিংদা হুনথরমই।

অস্‌ক য়াম্না য়াখি। মতমসিদা বাঙ্গালী ভদ্রলোক অমনা লুপাগী পাত্রদা সঙ্গোম কৎলি অদুগা হায়রমই, "মহারাজ তাইবংপান্দ স্বাধীন নিংথৌদি নহাক্না অরোইবনি। নহাক্কী তুংদগীদি জগৎতা স্বাধীন নরপতি উররোয়। সংসংবা বিষ্ণুনি, ঐবু অমুক্কং য়েংবিরম্মু।" থৌদোকসিনা থংবা ওম্মী নিংথৌসি অরা-অনা য়েংননা পাম্ব নিংথৌনি। লাইবক থিবদস্‌ মহাক্‌স্বা লৈতবা, লাইবক ফবদস্‌ মহাক্কী মপা লৈখিদে।

## দশা এংবা

মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ চহী ৩৬ দা নিংথৌ ওই, ৩৭ তা তোকই। চন্দ্রগী ভোগ্য ১৩।৪।২১ চহী ২১—৩৯ ফাওবা বুধগী দশানি।

বুধসিনা পোকপা মতমদা মিপানশুবা য়ুমদা লৈবা মবম্না মহাক্কী দশাদা অচৌ অচৌবা অরাবা ফংগনি। দশম ভাব পতি মঙ্গল কারক ভাবপতিস্‌ মঙ্গলনি। কারক রবি অমসুং (বুধগা) দশাপতিগী কেন্দ্রদা লৈবনা মহাক্কী দশাদা নিংথৌস্‌ ওই। বধগী অন্তরদা চন্দ্রনা চৎবা মতমদা নিংথৌ ওই, অমসুং মনুংদা সিংহাসন থাদোকই। দশাপতিদগী মঙ্গসবা য়ুমদা চন্দ্রনা লৈ। মহাক্কী নবমস্থান্দা কারক অমসুং কারক ভাবপতি লৈবা মবমসিনা চন্দ্রগী অন্তরদা নিংথৌ ওই। নিংথৌ ওইবা তোকপা মরমদি শকাব্দ ১৮১১ গী ফাল্গুন তাং ১৫ দগীনা শকাব্দ ১৮১২

গী ফাল্গুন ফাওবা চহী ৩৬ কী মন্‌ঙনি। মন্‌ংদ্‌দা বর্ষপটা-কীদা মঙ্গলগী দশানি। পঞ্চস্বরদশা দশা দশ শূন্য কোষ্ঠ দশা ওই। মাদ্‌না হায়—

“অথবা পাপ সংযোগে দশ শূন্যং ভবেদ্ যদি।
তদা মৃত্যুং ব্রজেদেব দেবরাজসমো যদি॥”

অর্থদি— পাপগ্রহগী চহীদা শূন্য তরা থোক্লবদি সোরারেনগা মানবা মীস্‌ সিগদবমকনি। রাইহৈসিদা সোরারেনগা মানবমকস্‌ শিগনি, হায়বদি সোইদনা শিগনি। মদ্‌ হায়দদ্‌না “সিগ-দবনি” হায়বা সিবা য়াবা য়ানা লৈ, হায়না খংনগনি, মদ্‌দি—“নীলং কমল ভবত্যেব” থম্বাল অশংবা লৈবাকনি, হায়বা-গুম্বনি। ভারতকী বিদ্যা পুম্বা ব্যাকরণনা সো ওইদ্‌না পোরোল লোন্দুনা থমই, মরমসিনা ব্যাকরণ শাস্ত্রগী মতৃং ইঙ্গা জোতিষদা অর্থ হনগনি। কুমসিদা ( শক ১৮১২ ) সৌর জৈষ্ঠ থাগী ২৯ পানবদা ঈরাই নুমিৎ কৃত্তিকা নক্ষত্রনা পাল্লবদি সিগনি, ভরনী নক্ষত্র পাম্বনা শিদে। মরমসিনা সিগদবগী মতুংতা সিংহাসনদগী এক্লবনা ওমদ্‌না রাজ্য থাবদা শক্লখি; তৌইগুম্বস্‌ং পরোক্ষগী মতৃং ইন্নদি নিংথৌসিগী তাইবংপান্দা ফাউনবা অমস্‌ং মুনিব্রত তৌদ্‌না মরণ ওইখিবা রাজভোগ পুবা বধগী দশাগী মহৈনি।

## শ্রীযুক্ত রাজা ডুম্ব্র সিংহ সেনাপতিগী জন্ম কুঠি।

শক—১৭৯২/১০/২২/০/৪৮

শ্রীযুৎ রাজা ডুম্ব্র সিংহসি শ্রীযুৎ নরসিংহ মহারাজদগী প্রপৌত্রনি। শ্রীযুৎ ভুবনসিংহ যুবরাজনা পোকপা মচু ইবুঙো শ্রীযুৎ ডুম্বরসিংহনা পোকপনি। জন্ম কুণ্ডলীদি রবি ২৫ কুম্ভ, চন্দ্র ৯ কর্কট, মঙ্গল ১৩ কন্যা, বুধ ২৫ কুম্ভ, বৃহস্পতি ৫ বৃষ, শুক্র ২৬ মীন, শনি ২০ ধনু, রাহু ৬ মিথুন, কেতু ২০ ধনু। কুম্ভদা লগ্ন লৈ।

মসিদা ধর্ম্মগী অধিবতি তুঙ্গী শুক্রনি কর্মপতি মঙ্গলনি, অনিসি মহৈ মহৈ দৃষ্টি তৌবনা য়াম্না কনৎবা রাজযোগ ফোংদোকই। অমসু মদুগী মথক্ত আতোপ্পা গ্রহগী সম্বন্ধ লৌতবনা শাস্ত্রনা হাঙ্গী—

"ইতরৈবরপ্রসক্তাশ্চেদ্ বিশেষ ফলদায়কাঃ" অসুম্না থাগৎলি। বৃটিশনা লৌনম তৌদুনা মণিপুরবু লৌরবদা শক ১৮১৩দা মণিপুরগী নিংথৌ হাপ্নবগীদমক নরসিং মহারাজকী ধারাদা অহঙ্গগী ধারা খিবকই। মতমদুদা রাজা ডুম্ব্র সিংহনা নিংথৌ ওইফম থোকই, অদুবু কুমারসিনা নিংথৌ ওইখিদে। কুমার সিগী দশাদা তমথৎলকইবা মীগী য়াম্না বুদ্ধি পীনবা ওইরে। অদু কুপ্না নৈনবনা কাংন্নগনি।

(ক) কুমার সিগী মপোক্কী শোয়দনা নিংথৌ ওইয়ু হাই।

(খ) রাজযোগদা পোক্রবসু নিংথৌ ওইফম থোক্বদি ওইদে

হায়বস্, য়াদে, মতমদ্‌দা মহাক্না নিংথৌ ওইক্ম থোকই, মহাক নত্তনা নিংথৌ ওইবস্ য়াদবা মতমনি।

(গ) মপোক্তা অফবা মহৈ নিংথৌ ওইয়ু হায়রগস্থ দশা ক্তত্রবদি ওইদে হায়বস্থ য়াদে, মতমহুদা অষ্টোত্তরী দশাদি বুধনি। বুধসি মিত্রগী আলয়দা লৈবনা সবলনি। রবিনা রাহল্লিবসি উরুবস্থ য়াদে, বুধনা কোনপতি, রবিনা কেন্দ্র পতিনি নিংথৌ ওইয়ু হায়। ( See page No. 2, Jyatish provakar )

(ঘ) পরাশরগী হোরাগী মতনি হায়না হুজিক পণ্ডিতশিংনা চংনবা গ্রন্থসিং মথোইহুদি উড্‌দার প্রদীপ লঘুপরাশরী, সুশ্লোক শতকনচিংবনা হায়, অহুদি অষ্টোত্তরী দশাদি বিচার তৌবা য়াদে, বিংশত্তোরীগী দশা য়েংগনি হায়। অহুগা বিংশত্তোরীদা য়েংলবস্থ ধর্মধিপতি কর্ম্মপতিগা সম্বন্ধ ওইবা শুক্রগী বিংশত্তোরী দশানি। মথক্তা ককপিনবা লৈত্রবা শাস্ত্রগী প্রমান মরিসিদা কুমারসিদা অনন্তস্থ ওইখিদরে। মসিদগী ঐখোয়না মুন্না খংএ, কুমারসিগী মপোক্তা নিংথৌ ওইয়ু হায়, মতমস্থ ওইরি, মতমহুদা দশাস্থ ফরি। অহুবু মতমসিগী দশাদা নিংথৌ ওইয়ু লৈরবস্থ দশাহুনা অফবা দশা, রাজযোগ পুবা গ্রহগী দশা ওইজরবস্থ দশা বিচারদা নিংথৌ ওইয়ু হায়বা পীত্রবদি দশাগী মতাংদ্‌দা নিংথৌ ওইদে হায়বসে খংলে। মদুদি শ্রীযুৎ ভুম্বু সিংহগী মতমদ্‌দা অষ্টোত্তারী দশাদা বুধগীনি। বুধসি শুভগ্রহনি রবিগা ভিন্নরবশু কেন্দ্র ত্রিকোন পতি সম্বন্ধনি। অদুরদি ওইরগা অষ্টমপতি

ওইবগি বুধনা দোষ লৈ। রবিনা নাশস্থান্দা লৈবগি দোষ লৈ। তৌবাতবু দোষ লৈনা লৈনা রাজযোগ পিবানিনা বুধসি শুভদশানি, মাগী মমুংদা নিংথৌ ওইগদবনি। এংলবদি দশম পতি মঙ্গলনি, মহাক্না অষ্টমদা লৈ। রবিকারক্না দশাপতিগী কেন্দ্রদা লৈদি হায়ববু নাশস্থান্দা লৈ। কারক ভাবপতি শুক্রনা তুঙ্গী ওইদুনমু দশাপতিগী দ্বিতীয়দা লৈ, অদুনা কুমারনা চহী ২৬ কুনতরুক ফাউবদা বুধনা নিংথৌ ওইবা পীদে।

বিংশত্তোরীদমু এংসি, মতমদুদা রাজযোগ পীবা তুঙ্গী শুক্রগী শুভদশানি। ভাবপতি মঙ্গলনা কেন্দ্রদা লৈ মহাক দূর্ব্বলনি। দশাপতিগী ভাবপতি গুরুনা তৃতীয়দা দূর্ব্বল ওইনা লৈ, কারকনা দূর্ব্বল ওইনা দ্বাদশদা লৈ। মরনসিনা বিংশোত্তরী শুক্রগী দশাদা নিংথৌ ওইদে।

৫। মণিপুরেশ্বর স্যার শ্রীযুক্ত চূড়াচাঁন্দ সিংহ KCSICBI গী কুঠি, শক ১৮০৭।০.৩০।২৬।৩০

রবি — ৩ মেষ, চন্দ্র — ১, মেষ, মঙ্গল ১ মেষ, বুধ ২ — মেষ, বৃহস্পতি ১০ সিংহ, শুক্র ৩ বৃষ, শনি ৫ মিথুন, রাহু — ১২ কন্যা, কেতু — ২৬ মীন, লং বৃশ্চিক।

অষ্টত্তোরী মত মতুং শু গী ভোগ্য ১৯।৯ ২৪॥

নিংথৌরেল অসি চন্দ্র অমমুং লগ্ন বর্গোত্তমদা পোকই, লগ্নবু চন্দ্র নত্তবা গ্রহ ৬না য়েংই, অদুনা সম্পূর্ণ রাজযোগতা পোকই। পোকপদগীনা চহী ২০ ফাওবা শুক্রগী দশানি। দশাসিদা দশা-

পতিগী ভাবপতি শনি, লগ্নগী ভাবপতি চন্দ্র অমসুং কারক রবি মখোয় অষ্টম দ্বিতীয় অমসুং দ্বাদশদা লৈরবসু সবল ওইবনা অশুভ পীরবসু কারক ভাবপতি গুরুনা সবল ওইনা কেন্দ্রদা লৈবনা দশাসিদা নিংথৌ ওইবা পী। তৌইগুম্বসু ফত্ত য়াম্লবনা শুপগী মিংদমক ওইনা চহি ৭তা নিংথৌ ওই।

তুঙ্গী রবিগী শুভদশাদা কারক ভাবপতি গুরুনা ত্রিকোনদা লৈবনা অমসুং ভাবপতি চন্দ্রনা কেন্দ্রদা লৈবনাগা দশাপতিগী ভাবপতি শনিনা তৃতীয়দা লৈবগী দোষগা য়াম্লহনা মিত্রকেন্দ্রদা লৈবনা শক ১৮২৯ দা চহী ২৩ দা মণিপুরদা চান্নবা সিংহাসন ফংই। অদুবু দশাপতিগী তৃতীয়দা লৈবনা শনিগী দোষনা বুধগী পাপদশাদা মানব লীলা সংবন তৌখি। তৌইগুম্বসু অন্তকাল ফাউবা সিংহাসনগী অধিকার থাদোকখিদে॥

---

N.B.—See Ostottori Dasha Fal by Pandit Raj Atonbapu Sharmah Bidyartana, Gobesona Siramani.

জননেতা হিজম ইরাবত সিংগী কুষ্ঠী বিচার—

ইরাবতকী অপোকপগী মিং হিজম ইবুঙোহল, অপোকপীনা চোংথাম চমু থম্বালঙম্বী কৌই। পোকফমদি পিশুমথোং ওইনাম লৈকাই ইম্ফালদনি।

রাশি চক্র— বৃষদা মঙ্গল। মিথুনদা চন্দ্র। সিংহদা বৃহস্পতি অমসুং কেতু। কন্যাদা রবি বুধ। তুলাদা—শুক্র, শনি। বৃশ্চিকতা লগ্ন। কুম্ভদা রাহু লৈ।

উচ্চদা= বুধ, শনি লৈ।

মিত্রদা= বৃহস্পতি, রবি অমসুং শনি লৈ।

স্বক্ষেত্রদা= বুধ, শুক্র লৈ।

য়েন্নবা= চন্দ্রনি।

বুধ অমসুং রবি কন্যাদা পুন্না লৈ। মসিবু বুধাদিত্য যুগ কৌই।

রাশিদি— মিথুন। লগ্ন= বৃশ্চিক। নক্ষত্র = লিক্লা শাকবা (আর্দ্রা) গন—নর। বর্ণ—বৈশ্য।

১৮১৮ শক আশ্বিনগী তাং ১৫ য়ুমজকৈশাগী অয়ুক চাকচামাঙ চাওরাকপা পুং ১০ | ১০দগী ১০/১৫ মিঃ গী মঙ্গুংদা পোকখি। (মথকী জন্ম দণ্ডগী মতুং ইন্না জং= ১২/১২)

---

রবি বুধ করিগুম্বা য়ুম্ফম্ অমদা পুন্না লৈরবদি বুধাদিত্য যুগ কৌই। য়ুম্ফমহু রবি নত্রগা বুধগী পক্লবা য়ুম্ফম ওইরবদি মীহু অয়ুক হেন্না কৈ। মসিগী ফলদি হেক খঙনরুবা উনরুবা মীপুম খুদিংনা মাবু থাজগনি, য়ুংশিগনি। মানা ঙাংবা তানিংগনি! মসিমক জননেতা ইরাবতকী লমচৎ ওইখি।

বৃশ্চিকতা লগ্ন লৈবনা বৃহস্পতি প্রথম মারোক অমসুং বুধ দ্বিতীয় মারোক গ্রহ ওইরে। লগ্নগী বিচারদা পোকপদা মশক ফজদে, লাইরৈ, খৎনবা হৈ, মুঙাইবা হৈতে ... (See page 16)

পোকলকপদা দশা ১০৮গী মতুং ইমদি চন্দ্রগী ভোগ্যদা চহী ১১/৭/৪৫ দণ্ড ফংঙকই। চন্দ্রসে চাওরাকপা ফৈ হায়ববু জননেতা-গীদি য়েক্নবা ওইনা লৈবনা অফবা ফল পীদে। অতুগা অপোক-পগী ( পিতৃস্থান ) মফমদি নবম খরনা দশমসু ওই। নবম ওইবা তারবদি কর্কট রাশিদা থোকই। কর্কটতি চন্দ্রগী মফমনি। চন্দ্রদি মপোকঙৈদগী য়েক্নতুনা লাকপনিনা অফবা ফল পীদে; মরম অসিনা অঙাং ওইনা অপোকপা কায়নবনি। দশম স্থানদা বিচার তৌরবসু দশম স্থানদা বৃহস্পতি কেতু অনি লৈ। বৃহস্প-তিসি অমুক প্রথম মারোক ওই অমসুং লোয়নরিবা কেতুসু মতেং পীদবনিনা অপোকপা পুন্সিদবনি।

বিদ্যাস্থানদা য়েংলুরবদি বৃহস্পতিগী য়ুম্ফমদি মীননি। বৃহস্প-তিসি তরাশুবা য়ুমফমদা কেন্দ্র ওইতুনা লৈ; অতুনা লাইরিক লাইশুদা মবৃদ্ধি ফৈ, থরায় য়াওই; অতুমনদি ওইরগা বৃহস্পতিসি শেংদে মারোকনি। মরম অসিনা লাইরিক্তা হেন্দোকপা ঙমখিদে।

বুধ অমসুং শনি উচ্চদা লৈবনা ইজৎ লৈবা, দেশকী মীথোই মীহেন ওইবা, শাস্ত্র খঙবা, ইশৈ নোংমাইদা মমিং চৎপা, নিংথৌ-গুম্বা মীথা পোন্দবা, মীনা লাকচবা য়াদবা ... (See page 53) মসিমক জননেতা হিজম ইরাবত সিংহগী পুন্সিদা লোয়নখিবা লমচৎনি। মহাক্তী অচুম্বগীদমক কনাবু সু কিরুদে। চৈরাপ পঞ্চায়গী মেম্বর ওইতুনা মুঙাইনা পুন্সি লেপ্লিঙৈদা জাতিগী,

লাইরবশিংগী মপুন্সি খাঙ্‌থক্না কেমখিবনা হাল্লগনি থল্লুবদা মেম্বর ক্রম থাদোকখি। মহাক্কী ঈশৈ "হৌরো হৌরো ... — ... স্বাধীনতা স্থমিৎ... ...... ।" অসিনা ঈরাকনগদৌরবা ভূমন্থনা লৈরিবা লাইরবশিংবু হৌদোকখি। অমুকস্থ মহাক্কী "থাঙগোল অস্থ ময়া — .... হে লৌউবা — ... ।" ঈশৈ খরা অসিনা লৌউবা প্রজাতা নত্তনা মীচম অমস্থং লাইরিক হৈরগা ইবা খঙদবা (দালাল) কাংবু কয়া ফাওবদা জ্ঞানগী পরিং য়াৎপিরম্মী অমস্থং ইমা লৈবাক মীখা পোন্দনবা যাত্রা হুলম্বা মুপানি।

চন্দ্রনা চহী ১১/৭/৯/৪৫ দগু চাখিবগা মঙ্গলনা চহী ৮ অমুক চংঙকই; মতাং সিদা ইরাবতকী চহী ২০গী মস্থং ওই। মতাংসি মমা ইবেম্মগা পুন্না মামগী য়ুমদা লৈবা মতমনি অমস্থং জনষ্টোন স্কুলদা তম্বা মতমনি। মঙ্গল লোইখিবগা বুধ চংঙকই। বুধগী অস্তরদা বুধনা চারিগৈ মতমদা ঢাকাদা বিদ্যা তম্বা চৎলি। মতাংসি জননেতাগী চাওরাকপা চহী ২০দগী২২/৩/১১নিগী মস্থং ওই। বুধগী অস্তরদা শনি ওইরকপদা অপোকপী কায়নবা, লাইরিক তম্বা পোথাবগী মতম অমস্থং মীরমদম্ ত্রিপুরাদা চৎপগী মতাংনি। মতাংসিদি ইরাবতকি চহী ২৩/১০/৭ নিগী মস্থংদা ওই। বুধগী অস্তরদা বৃহস্পতি চংঙকপগা লোয়ননা জননেতা ইরাবত সিংহ মণিপুরদা হঞ্জিল্লকই। "শৈদম শৈরেং" লাইরিক, মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন্নচিংবা শেমগৎপা হৌখিবগা লোয়ননা মীয়ান্না শকখঙবা অমা ওইরকই। পোলিটিক্সতা খুৎ থারকপা, মেগাজিন "মৈতৈ চন্দ্র" পুথোকপা পুম্নমকসি চাওরাকপা চহি ২৬/১০/৫ নি মস্থং ওইগনি; মসিস্থ বুধগী মস্থংদা

বৃহস্পাতিনা চাবা মতমনি।

বুধসি জননেতাগী উচ্চদা লৈবনা মশাগী চহী ১৯/৭/৯ নি মতুংদগী অৱা অনা কয়াগা লালথেংনরবস্থ নিংজবহুদি অছুম মায় পাকই হায়না নিংজখি। লৈফম তোয়না হোংবা, য়ুক্ষম্ লৈতবা মসি রাশি চক্রগী ৪শুবা য়ুক্ষমদা বাহু লৈবননি। (See page 75 Jyotish "oh prosnabigwan") মিকোক থোংবা, মীনা লাকচবা য়াদবা, মীখা পোম্বা পামদবা, শনিগী উচ্চনা মহাক্তী রাখলদা লাইরবব্ য়োকপা, মিয়েং চপ মান্নবা য়েংবগী গুন, ওইদবা রাজনীতিগী মায়োক্তা মপুল্সি কথোকপগী গুনসি লৈখি। শনিগী অন্তরদা বৃহস্পাতিনা চঙকপা, চহী মতাংনা চহী ৩৭ তগী ৩৯/৪০ গী মন্নুংদা ওই। মতাংসিদা ৺চূডাচন্দ মহারাজনা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা' গী ভাইস প্রেসিডেন্ট ওইনা জননেতা ইরাবতপু খনখি।

শনিগী অন্তরদা রবি চংঙকপদা পঞ্চায় মেম্বর থাদোকপা, মথং মথং চন্দ্র, মঙ্গল চংঙকপদা নিংথৌগা য়েক্নবা ওইরকই। অমুম্বা মথং মথং অৱাবা শুঙায়বা কয়াগা লোয়ননা লাকপনা মালেমগী মী খুদিংনা খঙনরকপা অমসুং হেন্দোক থোয়দোকপা মী ওইরক্লবগী তুং বৃহস্পতিগী অন্তরদা রাহু চংলকপদগী হকচাং নুঙায়রক্তবনা বৃহস্পতিগী অন্তরদা শুক্র লাকপদা জননেতা হিজম ইরাবত সিংহ ময়াম্নু থাদোক্লুনা পুন্সিগী ওইনা য়াহিপথি। মতাংসিদা চহী ৫২। ০। ২৩ দগী চহী ৫৫। ৯। ৩ নিগী মন্নুংনি।

(২৬। ৯। ১৯৫১ইং)।

## শ্রীমতী ইন্দিরা গান্ধীগী কোষ্ঠী বিচার

### ( ষোড়শোত্তরী দশাগী মতুং ইন্না )

ভারতকী প্রধান মন্ত্রী ওইবিরম্বী ইন্দিরা গান্ধীগী পোকপা চহি ১৯১৭ কী নবেম্বরগী তাং ১৯ সুংদাংদা U. P. গী এলাহাবাদ সহরদা পোকখি।

রাশি— মকর।

লগ্ন— কর্কট।

নক্ষত্র— য়াত্তোন্ ( উত্তরাষাঢ়া )।

নরগন অমসুং শূদ্রবর্ণ।

লগ্নগা কোন্নবা শনি লৈ। সিংহদা— মঙ্গল। বৃশ্চিকতা রবি অমসুং বুধ লৈ। ( বুধাদিত্য ) ধনুদা শুক্র অমসুং রাহু। মকরদা চন্দ্র ( রাশি ), বৃষদা বৃহস্পতি, মিথুনদা কেতু লৈ।

চন্দ্রগী দশাদা পোকই চহী ৫।৩।১১ নি ফংওকই। দশাগী চহী ৫১।৩।১১ নি চংওকপদগী রাজযোগ কারক ওইরকই। মতমসিদা মঙ্গলগী দশা চংওকই। মপুরোইবগী য়ুম্ফমদি শনি, শনিগী য়েক্কবা রবিগী দশাগী মতাংদা মপুরোইবগী মারোক বৃহস্পতি অন্তর্দশাদা ( চহী ৪৩।৯ ১১ ) দা লুপ্রাবী ওই। বুধকী অন্তরদা কেতুগী মতাংদা অপোকপী কায়নৈ। শুক্রগী অন্তরদা শুক্রগী চহী মতাংদা লুহোংবা, শুক্রগী অন্তরদা রবিগী চহী মতাংদা মচা অহল পোকপা, শুক্রগী অন্তরদা মঙ্গলগী মতাংদা অনিশুবা মচান্‌পা পোকপা। শুক্রগী অন্তরদা চন্দ্রগী চহী চংওকপগা মপুরোইবগা নুঙাইনদবা অমসুং মপাːমদা হন্নকপা।

শুক্রগী অন্তরদা বুধ Congress Working Committee দা মিং চন্না। রবিগী অন্তরদা মঙ্গল ওইবদা কংগ্রেস প্রেসিডেন্ট খনখি। রবিগী অন্তরদা কেতুদা মপা জহরলাল নেহেরু কায়নবা। রবিগী অন্তরদা চন্দ্রদা কেন্দ্র মন্ত্রী, রবি অমসুং বুধগী মতমদা প্রধান মন্ত্রী। মঙ্গলগী অন্তরদা বুধনা লাকপদা ইমারজেন্সি ( Emergency ) লাওথোকপা। মঙ্গলগী অন্তরদা শুক্র লোকসভাগী মীরেপ্পা রাজনারায়ণনা রায়বেরেলীদা মায় পাকখিবা, ইন্দিরাগান্ধীনা ঈকায়বা কংকৌবা ( ১৮/১/১৯৭৭ ইং )। মঙ্গলগী অন্তরদা রবি চংশকপগা অমুক হন্না ভারতবর্ষগী প্রধানমন্ত্রী ওইহনা মপান নমদম কন্নাপীনু ঈকায় খুম্বা কংজৈ। মচানিপা কায়নবা। ১/৩/৮১ ইং মতুংদগী বৃহস্পতি চংশকপগা লাইনিং লাইশোনদা ( আধ্যাত্মিক ) থবাই য়াওবগী মতমনি অমসুং চোককিল্লবদি মিংচৎ ওইগদবনি। অদুবু বৃহস্পতিগী অন্তরদা কেতু চংশকপা মতাংদা মশাগী মীনি নিংজহনা থমজবা ( দেহরক্ষী ) কাংবুনা লৌনম তৌহনা হাৎখি (৩১/১০/৮৪ ইং )।

১। মিত্রদা—মঙ্গল, রবি,

২। বুধাদিত্য যোগ লৈ। ( See the first page of Jananeta ) ( জ্যোতিষ ও প্রশ্নবিজ্ঞান )

77 ) শাস্ত্রদা অস্থুম্না মথং মনাও নাইনা ইরি— "প্রচণ্ডৈশ্বর্য্যমতুলং নৃপ পূজদিকং ভবেৎ। স্ত্রীলাভং পদবী বৃদ্ধি : কুজসান্তর্গতে রবৌ" ॥ "ধনলাভং সুখং ভোগং শরীরারোগ্যমেবচ লোকানন্দমবাপ্নোতি কিতিজান্তর্গতে বিধৌ " ॥

মতাংসি চহী ২৬ । ৮ । ২০ নি, চাওরাকপা চহী ২৭কি মমুং ওই। মথংদা— বুধ লাকই। বুধগী অন্তরদা বুধনা চহী ২ । ৮ । ৩ । ২০ দণ্ড লৈ। মতমসিগী ফলদি ময়ামগী ওইনদি ফৈ। রাখল মুণ্ডায় অচুম্বা লম্বীদগী কাম্নবা ফংই ( Page 77 ) অসিতম্মু নত্তনা লগ্নদগী ২ শুবা মফমদা বুধ, বৃহস্পতি অমস্যুং শুক্র লৈবনা ( পেজ ৫৩, লাইন ১৪দা য়েংবিউ ) অচৌবা, অফবা, অচুম্বা থবক তৌই লাইবক ফৈ, মীনা ইকায় খুম্নে অসিনা চিংবা।

অতুম্মক ওইনা ওইনা ওঝাসিগী বুধসি য়েরুবা ওইবা মরম্না খর মুণ্ডাইহন্দে। সোমদনা বুধগী অন্তরদা বুধ লোইখিবগা বুধগী অন্তরদা শনিনা লাকপা মতম চহী ১ । ৬ । ২৭ নিসে য়াম্না নুণ্ডায়তনা, রাখল পেন্দবা নত্রগা আশা মপুং ফাদবা, নত্রগা ঈ-তোন ফাইবা বাত কুম্না অনাবনা মুণ্ডাইহন্দে। অতুন্নদি ওইরগা মশাগী চহী ৩১ মপুং ফারকপা হায়বদি চহী ৩০ । ১১ । ২১ নিগী মতুংদা বুধগী অন্তরদা বৃহস্পতি চংওকপগা অনায়েক খরা য়াওরবস্মু নমখায়তুনা মণিপুরদা বেঙ্গলী স্কুলগী ওঝাগী থবক ফংখিবা মতম্নি, অমস্যুং ওঝাগী থবক হৌখি। অতুব, কুইদে চহী ২ । ১১ । ২৭নি পুক্রিং লৈতানা লৈরুবনি মতমসিদা বুধগী অন্তরদা রাহু লাকই। মসিদা নুপী অণ্ডাং কায়নবগী মতম ওইখি,

মসিগী পোষ্ট অসিদগী পেন্সন ওইশিবনি। মসিগী মরমদি "বহু মিত্রং বহুধনং সুভার্যাং রাজবল্লভং"। কুরুতে ভাস্কর: শান্তিং গুরোরন্তর্দশাং গত: ॥ অসিগীসু মখক্তা কেন্দ্রদা রবি অমসুং বৃহস্পতি রবি অনিমক মিত্রা ঐরনা মতম চাবা ফংফম খোমগঙ্খু অতুম লাকই। মতাংসিদা ইমুং মনুংগীসু চাওখাকপা অমসুং ফিভম সমাজিক মাগৈরোমদসু ঈশ্বরগী শৌজাল লাকপগী মরমসু ওই-রকই। মতমসিদগী হৌনা পুন্সিগী লৈতাফমদি সাহিত্য ওইনা খনখিবা অমসুং নোংপোক লৈবা থা তগী মেগাজিন পুথোকপা হৌখিবনি। মসি পুন্নমক বৃহস্পতিগী মন্থুংনি। মেগাজিন পুথোকপদা নুভাইবা অমদি শেলথুমগী ফিভম্‌দি পোরনা মরাং কায়বা য়াদে। মথংদা রাহু লাকই। রাহুদি জম্নকুণ্ঠিগী জন্ম কুণ্ডলীদা ৬ শুবা মযমদা লৈ। মসদি পেজ ৫৯গী পরেং ১৭ য়েংবিউ; অসিনা প্রমান্নি। মরমসিনা মতাংসিদা য়েক্কবা লৈতনা সাহিত্য পরিষদকী সভাপতি ওইবিখিবা, মীয়াম্না চপ মান্নবা মুংশিবিবগী মমি তাখিবনি। অদুম মথং লাকপনা রাহুগী অন্তরদা চংঙকই, লোয়ননা রাহুগী অন্তরদা শুক্র মশাগী চহী ৭৪ দগী চহী ৭৬।৪।২০ নি মন্থুংদা সাহিত্য ভুষণ উপাধীসি সাহিত্য পরিষদনা পীবিহুনা ঈকায় খুম্নবা উৎপীখি। মসিগী মতাংসিবু শাস্ত্রনা "রাহোন্তর্গে শুক্রে স্নেহো বন্ধুজনৈঃ সহ"। মসিগী তুং রাহুগী অন্তরদা রবি, চন্দ্র চংঙকই। রাহুগী অন্তরদা চন্দ্র চংঙকপা মতাংসি চহী ৭৭ তগী ৭৮।৮।২০ নিগী মন্থুং ওই। মতাংসিদনি সাহিত্য একাডেমী দিল্লীগী মেম্বার ওইখিবা।

রাজগী অন্দরদা চন্দ্রসি মী অতোপ্পদা য়ান্না ফত্তনা ইরগম্ব ওয়াসিগী মতাংদসি মুর্ণ সুযোগ ওই। মরমদি চন্দ্রসি উচ্চদা লৈরনা। মসিনা এক্বাগী খ্বায় পুম্নমক্তগী অথোইবা পদবী অমসুং সুক্নিংনা য়ানা পাম্ভানা হুওারনা, মীংবা থুনবা হায়দুনু ওইখি।

হৌজিক্তা চহী ৮২ ওইরকপাসিদা শুক্রগী অনৌবা মতাং অমা লাকই। মসিনা য়ামনা ফবা মতমনি। মতাংসিদা Akademi Award "Fellowship" উপাধী পীবিদুনা মণিপুরগী গভর্ণরনা ঠৈকায় খুম্নব উৎশীখি। মতাংসি শুক্রগী অন্তরদা শুক্র ওইরি। শুক্রসি দ্বিতীয় মরোকম্ব ওই। মসিগী চহী মতাং সিদা অহল ওইবগী অরাবা মতম ওইরক্কনি। ৮ শুবা মফমসিবু জ্ঞানীশিংনা পরমায়ু বিচার তৌবগী রাফমম্ব তাকপি। মসিগী য়ুম্ফমসিদা মঙ্গল লৈরনা মশাগী খুদায়না, মৈনা, লোক অমসুং ঈগী নত্রগা শোজগী অনাংবনা য়েংখি হায়।

---

ই, চন্দ্র সিংহগী পোকপা তাং ২৭ই চৈত্র ১৮২৬ শকাব্দ নোংমাইজীং হুমিং। মসিনা জন্ম পত্রিকাদা ইবনি। অহুবু নোংপোক মৈরা ৬১ শুবা মশীং ( July-Sept 1988 ) পেজ ১৪দা ১S-৪-১৯০৪ ইংরাজীদা পোকই হায়না ইরি। তাং ১৩ নত্রগা ১৪ এপ্রিলদা চৈত্র থা লোয়গদবনি অমসুং চহী খুদিংগী লোয়হুনা লাকই। মরমসিনা ২৭ চৈত্র ১৮২৬ শকাব্দদা পোকপনিনা ৯ এপ্রিল ১৯০৫ খৃষ্টাব্দ ওইফম থোকপ্রা খনজে। Issue সিগী কোপীসিদনা ১৮২৬ শকাব্দ দদা ৩২ নি শুবা অসম্না ইবিরকই।

# পৃথিবীগী লাইগুম্লবা মীওই খরগী

## রাশি চক্র—

**শ্রীরামচন্দ্র**— মিথুন—কেতু, কর্কট—বৃহস্পতি, চন্দ্র (রাশি) ৮, অমস্থুং লগ্ন, তুলাদা শনি, ধনুদা রাহু, মকরদা মঙ্গল, মীনদা শুক্র, মেষ, = রবি অমস্থুং বুধনি।

বুধাদিত্য যোগ লৈ, উচ্চদা —রবি, বৃহস্পতি, মঙ্গল, শুক্র লৈ।

মিত্রদা = শনি, লৈ। নক্ষত্র = চুঙশোন্নুবী (পুষ্যা)।

দেবগণ অমস্থুং বিপ্র বর্ণনি। রবি প্রথম মারোক অমস্থুং শনি দ্বিতীয় মারোক্নি।

**শ্রীকৃষ্ণ** = বৃষদা চন্দ্র (রাশি) ৪, লং অমস্থুং কেতু লৈ। সিংহদা রবি, কন্যাদা বুধ, শনি। তুলা শুক্র, বৃশ্চিকতা— রাহু, মকরদা মঙ্গল, মীনদা বৃহস্পতি লৈ।

উচ্চদা = চন্দ্র, বুধ, মঙ্গল, লৈ।

স্বক্ষেত্রদা = বৃহস্পতি, শুক্র, বুধ লৈ।

নক্ষত্র = অপকপা (রোহিনী)।

নরগণ, অমস্থুং শূদ্র বর্ণনি।

বুধ প্রথম মারোক, বৃহস্পতি দ্বিতীয় মারোক্নি।

**ভগবান বুদ্ধ দেব** = মেষতা = বৃহস্পতি, শনি, রবি, শুক্র, মঙ্গল।

বৃষ = বুধ। মিথুনদা = রাহু। তুলাদা চন্দ্র (রাশি)।

ধনুদা = কেতু। কর্কট লগ্ন।

**শঙ্করাচার্য্য** — মেষ = রবি, বুধ। বৃষ = শুক্র।

মিথুন — চন্দ্র (রাশি)। কর্কট — বৃহস্পতি অমসুং লগ্ন।

বৃশ্চিক = কেতু অমসুং শনি। মকরদা = মঙ্গল। বুধাদিত্য যোগ লৈ। নরগণ। বৈশ্যবর্ণ।

উচ্চদা = রবি, বৃহস্পতি, মঙ্গল।

স্বক্ষেত্রদা = শুক্র। নক্ষত্র = আর্দ্রা ( লিক্লা শাফবা )।

★যীশু খ্রীষ্ট ;— বৃষ = কেতু। বৃশ্চিক = রাহু অমসুং শুক্র ধনু = রবি, বুধ। কুম্ভ = মঙ্গল। মীন = চন্দ্র ( রাশি ) বৃহস্পতি অমসুং শনি। মেষ লগ্ন।

শুক্র নায়ক :— বৃষ = শনি চন্দ্র ( রাশি )। মিথুন = কেতু। কন্যা = বৃহস্পতি। তুলা — শুক্র। বৃশ্চিক — রবি, বুধ, মঙ্গল। ধনু — রাহু। সিংহ লগ্ন। নক্ষত্র — থোঙচোংনুপী ( কৃত্তিকা )। উচ্চদা চন্দ্র। মিত্রদা শনি, রবি, লৈ।

স্বক্ষেত্রদা — শুক্র, মঙ্গল লৈ।

বুধ প্রথম মারোক অমসুং বৃহস্পতি দ্বিতীয় মারোক্লি।

দেবারিগণ অমসুং শূদ্র বর্ণ নি।

সম্রাট আকবর :— মিথুন — চন্দ্র (রাশি )। সিংহ = কেতু। তুলাদা — বৃহস্পতি, শুক্র, শনি অমসুং লগ্ন।

বৃশ্চিক — রবি। ধনুদা — বুধ। মকরদা — মঙ্গল।

কুম্ভদা — রাহুনি। নক্ষত্র — লীক্লা শাফবা ( আর্দ্রা )।

মঙ্গল প্রথম মারোক, শুক্র দ্বিতীয় মারোক্লি।

নরগণ, বৈশ্য বর্ণ।

উচ্চদা — শনি, মঙ্গল। স্বক্ষেত্রদা — শুক্র লৈ।

মিত্রদা — শনি, রবি।

নেপোলিয়ান বোনাপার্ট :— বৃষ — রাহু । মিথুন—শুক্র।
কর্কট — শনি, বুধ । সিংহ = রবি অমসুং মঙ্গল ।
তুলাদা = বৃহস্পতি অমসুং লগ্ন । বৃশ্চিক = কেতু ।
মকর = চন্দ্র ( রাশি ) । নক্ষত্র = থাতোন ( উত্তরাষাঢ়া )
নরগণ, শূদ্র বর্ণ ।
মঙ্গল প্রথম মারোক শুক্র দ্বিতীয় মারোক্তি ।

মহারাণী ভিক্টোরিয়া :— মেষ = বুধ, শুক্র । বৃষ = রবি অমসুং চন্দ্র ( রাশি ) লগ্ন । কন্যা = কেতু । কুম্ভ = বৃহস্পতি । মীন = মঙ্গল, শনি, রাহু । নক্ষত্র = অপকঙা ( রোহিনী ) নরগণ, শূদ্র বর্ণ । বুধ প্রথম মারোক; বৃহস্পতি দ্বিতীয় মারোক।
উচ্চদা = কেতু, চন্দ্র, নি ।
মিত্রদা = মঙ্গল ।

★মহাপ্রভু :— মেষ — শুক্র, সিংহ চন্দ্র ১১ অমসুং কেতুলগ্ন, বৃশ্চিক শনি, ধনুদা বৃহস্পতি, মকর মঙ্গল, কুম্ভদা রাহু, রবি অমসুং মীনদা বুধ লৈ ।
রাশি — সিংহ, লগ্ন সিংহ, নক্ষত্র নিংথৌশামু ( পূর্ব্বফাল্গুনী ) ।
উচ্চ = মঙ্গল, স্বক্ষেত্রদা — বৃহস্পতি ।
বুধ প্রথম মারোক, বৃহস্পতি দ্বিতীয় মারোক ।
নরগণ ক্ষত্রিয় বর্ণ ।

★রামকৃষ্ণ পরম হংসদেব :— বৃষদা রাহু, মিথুনদা বৃহস্পতি, তুলা শনি, বৃশ্চিকতা কেতু, মকরদা মঙ্গল, কুম্ভদা রবি অমসুং বুধ অমসুং চন্দ্র ২৫; মীনদা শুক্র লৈ । লগ্নসু মকরদা লৈ ।
রাশি — কুম্ভনি । থরানমিচাক খরালিতেং ( পূর্ব্বভাদ্রপদ ) ।

বুধাদিত্য যোগ লৈ।

উচ্চদা = শনি, মঙ্গল ওই।

মিত্রদা = শনি, বুধ লৈ।

★ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর :— বৃষদা চন্দ্র (রাশি) ও, কর্কটতা শুক্র, কন্যাদা রবি, বুধ, কেতু; কুম্ভদা বৃহস্পতি, মীনদা শনি অমসুং রাহু, ধনুদা লগ্ন।

বৃষ = রাশি, ধনু লগ্ন। নক্ষত্র = খোওচোংনুপী (কৃত্তিকা)।

উচ্চদা চন্দ্র, বুধ, কেতু, নি। বুধাদিত্য যোগ লৈ।

স্বক্ষেত্রদা = বুধনি। কেন্দ্রদা = শনি, রাহু, রবি, বুধ, কেতু লৈ। শনি প্রথম অমসুং চন্দ্র দ্বিতীয় মারোক্কি।

শুক্র বর্গঃ অমসুং দেবারি গণনি।

★বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপধ্যায় :—বৃষদা শুক্র অমসুং মঙ্গল, মিথুনদা বুধ, রবি। সিংহদা চন্দ্র (রাশি) বৃহস্পতি, কন্যাদা কেতু। বৃশ্চিকতা শনি, মীনদা রাহু। মকর লগ্ন। সিংহ রাশি। বুধাদিত্য যোগ লৈ।

উচ্চদা = কেতু। শনি প্রথম মরোক অমসুং রবি দ্বিতীয় মরোক্কি।

★ডঃ এনিবেশান্ত : - মেষদা মঙ্গল, মিথুনদা বৃহস্পতি অমসুং চন্দ্র ৭। কন্যাদা রবি, বুধ, রাহু, শুক্র। কুম্ভদা শনি, মীনদা কেতু লং। বুধাদিত্য যোগ লৈ। রাশি = মিথুন। লগ্ন মীন, নক্ষত্র — চৌংচরোই (পুনর্ব্বসু)।

উচ্চদা — বুধ লৈ। রবি মিত্রদা লৈ। স্বক্ষেত্রদা — বুধ, শনি, মঙ্গল।

কেন্দ্রদা — কেতু, বৃহস্পতি, চন্দ্র, রবি, বুধ, রাহু, শুক্র লৈ।

বৈশ্যবর্ণ, দেবগণ। মঙ্গল প্রথম অমসুং শুক্র দ্বিতীয় মারোক্নি।

★কবিগুরু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর :— মেষদা রবি, বুধ; শুক্র। মিথুনদা মঙ্গল, কেতু। কর্কটতা বৃহস্পতি। সিংহদা শনি। ধনুদা রাহু, মীনদা চ ২৭। রাশি অমসুং লগ্নদি মীননি। বুধাদিত্য যোগ লৈ। নক্ষত্র রায়াখ্রবো (রেবতী)। বিপ্রবর্ণ অমসুং দেবগণ।

উচ্চদা — রবি অমসুং বৃহস্পতি।

কেন্দ্রদা — চন্দ্র, মঙ্গল, কেতু, রাহু লৈ। মঙ্গল প্রথম শুক্র দ্বিতীয় মারোক।

★মহাত্মা গান্ধী :— বৃষদা বৃহস্পতি। কর্কটতা রাহু, সিংহদা চন্দ্র ১০। কন্যাদা রবি, তুলাদা মঙ্গল, বুধ, শুক্র, লং। বৃশ্চিকতা শনি মকরদা কেতু লৈ।

রাশি — সিংহ। লগ্ন তুলা। নক্ষত্রদি — নিংথৌতুরেন (মঘা)। দেবারিগণ, ক্ষত্রিয় বর্ণ।

উচ্চদা — রাহু। মিত্রদা — চন্দ্র, রবি, বুধ, লৈ।

কেন্দ্রদা — মঙ্গল, বুধ, শুক্র, কেতু, রাহু লৈ।

মঙ্গল প্রথম অমসুং শুক্র দ্বিতীয় মারোক গ্রহনি।

★নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু :— বৃষদা মঙ্গল, কর্কট কেতু, সিংহদা বৃহস্পতি, কন্যাদা চন্দ্র। বৃশ্চিকতা শনি, মকরদা রবি বুধ রাহু। কুম্ভদা শুক্রনি।

লগ্নদি — মেষনি। রাশিদি — কন্যা। নক্ষত্রদি — শামুপীচা (উত্তর ফাল্গুনি)। নরগণ অমসুং শূদ্র বর্ণ নি। কেন্দ্রদা কেতু, রবি, বুধ, কেতু লৈ। শুক্র প্রথম অমসুং মঙ্গল দ্বিতীয় মারোক্নি।

★ বার্ণার্ডশো—বৃষ লগ্ন অমসুং চন্দ্র (রাশি)। মিথুনদা—বুধ শনি। কর্কট রবি শুক্র। কন্যাদা কেতু, তুলাদা মঙ্গল। মীনদা রাহু অমসুং বৃহস্পতিনি।

উচ্চদা কেতু অমসুং চন্দ্রনি। কেন্দ্রদা চন্দ্র, লৈ।

বুধ প্রথম অমসুং বৃহস্পতি দ্বিতীয় মারোক গ্রহনি।

★আইনষ্টাইন — মিথুন লগ্ন, কর্কটতা কেতু। বৃশ্চিক চন্দ্র (রাশি)। মকরদা মঙ্গল, রাহু। কুম্ভদা বৃহস্পতি, মীনদা শুক্র শনি, রবি অমসুং বুধনি। বুধাদিত্য যোগ লৈ।

কেন্দ্রদা — রবি, বুধ, শুক্র, শনি লৈ।

উচ্চদা — শুক্র মঙ্গল লৈ।

চন্দ্র প্রথম অমসুং শুক্র দ্বিতীয় মারোক গ্রহনি।

★হিটলার:— মেষ — শুক্র, রবি, মঙ্গল, বুধ। মিথুন রাহু। কর্কট শনি। তুলাদা লগ্ন, ধনুদা চন্দ্র বৃহস্পতি কেতু লৈ।

মঙ্গল প্রথম অমসুং শুক্র দ্বিতীয় মারোক্নি।

রাশিদি ধনুনি, লগ্ননা তুলা।

বুধাদিত্য যোগ লৈ।

উচ্চদা — রবি, রাহু কেতু, লৈ।

কেন্দ্রদা — রবি, মঙ্গল, বুধ, শুক্র শনি লৈ।

—: লোইরবা :—

★ লাইরিকসি পুথোকপদা মতেং লৌজখিবা লাইরিকশিং—

১। ডাইরেক্টরী পত্রিকা— ( P. M. Bagchi )

২। ৺নিংথৌথোংজম্ শরৎচন্দ্র সিংহগী খুৎই লাইরিক।

৩। জ্যোতীষ ও প্রশ্নবিজ্ঞান্ — শ্রী হৃষীকেশ শাস্ত্রী।

৪। হস্তরেখা দর্পন— শ্রী সুরেন্দ্র নাথ ভট্টাচার্য্য।

৫। থেন্‌চঙ লোন্ — য়ুম্নাম ভঙ্কাজাউ।

৬। অপুবা জ্যোতীষ চিন্তামণি— হুইদ্রোম নীলবীর সিংহ।

৭। জ্যোতীর্বিজ্ঞান রহস্য— পণ্ডিত রাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা।

৮। পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মাগী অতৈ অতৈ লাইরিক খরা।

৯। মিকুপ লৌথোক লৌশিন— শীতল চন্দ্র।

১০। জ্যোতীষ কল্পদ্রুম্— শ্রী শশধর বাচস্পতি।

★ অইবগী পুথোকখ্রবা লাইরিকশিং—

১। ৱারীগী ৱারী ( ৱারীমচা ) — ১৯৮৪ইং।

২। নিংথাউখিগদৌরবা ভোর্ব্বানগী শঙ্খ ( ৱারীমচা ) — ১৯৮৬ইং।

৩। হীরোনা চৎখ্রবদা ডিরেক্টরনা শিপ্রবদা ( Short best play—1986 )— ১৯৮৮ইং।

★ প্রোসতা লৈরিবা

১। ঈপোকপাংজেবা মেডাল ( best sript & best short play — 1988 )

২। লৈরাং শুলাপা শনাগী ঈচেলদা— ( ৱারী মচা )

4559 ||